মণিপুর স্টেট কলা একাদেমীগী মতেংবা লৌখ্রবা।

# হাওরৈ

টুতেশ্বর

# হাওরৈ

থিংবাইজমচা টুতেশ্বর
মেড্যাল্লিষ্ট ( ওনরেবল প্রেসিডেন্ট অ্যারাড )
খ্বাই নাগমপাল পাউনম লৈকাই
আর, এম, সি, রোড, ইম্ফাল।

তরুকভুবা কোঙজবা

থাট নাগমপাল পাউনম লৈকাই
আর, এম, সি, রোড, ইম্ফাল, মণিপুর

অহানবা নম্বা
খু: ১৯৮৭



মশিঙ ১৫০০

লুপা ৭/-

হক পুম্বা অইবাগীনি

ভাগ্যবতী কার্য্যালয় চুড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কসতা ছাপা নম্বা।

# ৱাহৌদোক

ঐনা ইজবা ড্রামাশিংগী মন্নুংদা কোন্না ইজবা হান্না কোঙজবা ড্রামানি। অকোঙবা অমা ওইনা খ্বাই তৱাগী মফমদা খুদোন তমজবা ৬ শুবা লাইরিকনি।

চহি খরগী মমাংদা নাগমপাল লমাবম লৈকাইদা লৈবা ইন্নাম্বা শ্রীচোংথাম জয় (ভাম্বা) গী মফমদগী বাঙ্গালী মহেকনা ইবা পুয়া 'চহুই লৈরোংপাম্বা' হায়না কৌবা খুৎই লাইরিক অম থেংনজে। অহন-লমন, মরুপ-মপাংশিংনা পুয়া অসি য়াম্না ফজে, ইতিহাসকী মচাকশু য়াম্না য়াওই, পুয়া কয়াদসু মুমকম ওই ড্রামা ওইনা ইথোকউ তাকপীখি ঐনা হায়জবদগী তামো জয়না পুয়া অসিগী মরমদা মরিক চুম্না ৱারি লিবিখি অতুগা মুমিৎ নিনি চঙনা পুয়া অসি পাবিহুনা ঐনা রেকোর্ডিং লৌজখি। পাঙজত্রবা ঐনা পুয়া অসি ড্রামা ওইনা ইবা শুমগনি থাজরুদে মরমদি হৌজিকী মতমদা ড্রামাবু সিনেম্যাগুম্না মীৎ কাওবা কুপতনা য়েংবা পাম্নরবা মতম অসিদা ড্রামা অসিদা উৎকদবা সীন ময়াম, মীনা মী য়ান্না চঙলিবা, মশক উহন্দনা থাঙ, তা, চুং খোম্বগু য়াওই, মমঙনা মমঙ মঙনরিবা, কাও অমগু য়াওই অতুগা তুয় অমগু য়াওই অসুন্না নিংহন্নমা মতম খরা খুং থাবা ওবদনা লৈখি।

মমাংগী চহি ইং ১৯৮৬ তা ঐহাক্না মোরেদা পোষ্টিং তাবা মতমদা শগোলবন্দ থিঙ্গোম লৈকাইদা লৈবা ঐঙ্গা শ্রীকুরাইলাৎপম হেমোচন্দ্র শর্ম্মানা লুচিংজুনা Songs and Drama Division, Imphal Centre গী কাঙবু ড্রামা শান্নবা লাকই। ঐঙ্গাগা ঐগা ঐগী কাদা কর্ম্মীন্নবা মতমদা ঐনা পুয়া অসিগী মঙমদা হৌদোকচরুই। ঐঙ্গা পুয়া অমা ঐনা থেংনৈ, পুয়াসি য়াম্না কজে, ইতিহাসকী মচাক য়াম্না য়াওই ; মসিদা "তাপুত্ত ঙরা পুঙচোংবা" হায়না কৌবা কাও অমা য়াওরি. কাও অসিগী মপাগী মমিং "ঙাংবা নিংথি পামহৈবা" কৌই অদুগা কাও অসিগী হৌরকফমগুম মেনদে হায়বা খুন নিংথৌ-খোংগী মনিংগী চীঙ, লুখ্রাবি য়ুমফম হায়না খঙনবা মফম অদুদগীনি ; মোইরাং কংলৈরোন্দা য়াওরিবা খম্বানা কারিবা কাও অদুগী মমিং "ঙাংবা নিংথি পামহৈবা" কৌই হায়দুনা "কেগে হারেপ্পা ঙাঙোই লৈশেম্বা" গী লামায় ১ গী পরেং ১ দা য়াওরি ; খম্বাগী মতমদা মোইরাংদা নিংথৌ ওইবদি "লাইজিংখু চিংখু তেলহৈবা" (খৃঃ ১১০৯-১১৬৪ ) নি ; "হেমতৌ লোইয়ম্বা (হেমতৌ ইরানথাবা)" না নিংথৌ ওইবনা "চৈথারোল কুম্বাবা" গী মতুং ইন্না খৃঃ১১৬৩-১১৯৫ কাওবনিং নিংথৌ অনি অসি থংমু নাউমু ওইবগুম তৌই অদুনা পুয়া অসিদা য়াওরিবা কাও অসি খম্বানা কাপ্রিবা কাও অদুগী মচা মাল্লী, মসি ঐঙ্গা ঐনা খাজবনি ওইরমদবগু য়াই ; অদুগা ঐঙ্গা কাও অসি ড্রামাদদি করম তৌনি হায়না ঐনা হংজবদা ঐঙ্গানা অদুদি অরাইবা য়ানিদা ঐখোয়গু খম্বানা কারিবা কাওসি নংতবা অতোপ্পা কাও

য়াওবগী লিলা অমা শান্নবিংহ্নবা লৈরিবনি ইদা ইয়ু হায়না ঐজ্ঞানা ঈগোৎ অমা হাপ্পীরকপদগী করিম্ থঙজন্ত্রবা ঐনা ড্রামা অসি ইজবা ওমজখিবনি।

ড্রামা অসি ইজবা মতমদা ইয়াম্বা শ্রীজয়না থরায় য়াওনা মমল য়াম্নবা মতম কয়াবু কাইথোকপিহ্নবা রাইহ-রাতা কয়াবু শেমদোক-শেমজিন তৌবিখি অতুগা য়াইস্কুল সৌগাইজম লৈকাইদা লৈবা ওঝা শ্রীসৌগাইজম রুহিনীকুমারনা মঙল য়াম্নবা পাউতাক কয়াম্ পিবিখি। সর্বাশ্রীচোংথাম জয় অমসুং ওঝা সৌগাইজম রুহিনীকুমার অনিগী মফমদা চাউরবা লমন তোনশিনজরে।

ড্রামা, অসি ইননবা পুক্নীং থৌগৎপিখিবা ঐজ্ঞা হেমোচন্দ্র শর্মা, পাবুঙ খুমনথেম কোনিন্দ্র, ইয়াম্বা নোংথোম্বম তোম্বা. ইয়াম্বা মোইরাংথেম মনিগোপাল অমসুং ইনাউ নামৈরাকপম ইবোবিনচিংবা ময়ামগী মফমদা ঐনা থম্মোই শেংনা নুংঙাইজবা কোংদোকচরি।

মনিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা ড্রামা অসি ছাপা নমবগী-দমক শেনগী মতেং পাংবিহ্নবা লাইরিক ওইনা কোঙজবা ওম্বগী পাঙন হাপ্পীবগীদমক সেক্রেটরি শ্রী এল. দামোদর সিংহ অমসুং থবক পুবিরিবা পুম্নমক্কী মফমদা ইকাইখুম্নবা উচ্চরি।

ঐহাক ইশানদি কাংপোকপীদা পোষ্টিং লৈবা মতমদা লাইরিক অসি ছাপা নমজবদা প্রিন্টিং প্রেসকী থবক পুবিরিবা পুম্নমক্না থরায় য়াওনা হোৎনবিহ্নবা অশোয়-অঙাম কয়াবু য়েংশিনবিবা

অমস্থং ভাগ্যবতী কার্য্যালায় চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কসকী প্রোপ্রাইটর ঐজ্ঞা শ্রীবাসুদেব শর্ম্মানা থৌজালগী মিয়েং য়েংবিবগীদমক তোবিমল থঙবা উচ্চবগা লোইননা নোল্লুকচরি ।

অয়োইবদা মৈতৈগী অরিবা পুৱাবু ড্রামা ওইনা ইথোকচরকপ। মতমদা পুয়াগী কজয়বা ৱাহৈ খুদিংমকপু লৌখৎচবা ঙমখিদবা, থৌদোক-ৱাথোক্কী মকম পূনশিনখিবা, হাপতোক-হাপচিন তৌখিবা অমদি চিংথ-নাম্বখিবা. অশোই-অঙাম, বনান শোয়বা কয়া য়াওখিবা পুম্নমক থ্বাই তয়ানা ঙাকপিহৈবগা লোয়ননা ঙাক-পিয়ু হায়দুনা হন্না হন্না নোল্লুকচরি। অদুগা ড্রামা অসি কনাগুম্বনা লিলা ওইনা শান্নবিনিংলবদি মাংজোননা অইবদগী অন্নাবা লৌবিয়ু।

য়ুমশকৈশা

ৱাকচিং হুম্নী পান্বা অইবা অমস্থং অকোঙবা

তাং ২৩। ১২। ১৯৮৭ ইং

লিলাবু পামজবা

অমত্তং

মণিপুর ইতিহাস ইবশিংগী মফমদা

কৎচরি।

## লিলা ভাসিদা চঙ্গদবা শকতম

### নিপা

১। অতোময়োইরেম্বা
২। হেমতৌ লোইয়ম্বা
৩। হারালাংবথোইকোই
৪। অমুখ্বাংলাংমৈরেম্বা
৫। চহুইলৈরোংপাম্বা
৬। মিৎনম্মাইনম্বা
৭। হাওমুতেং
৮। কৈমাইবা
৯। খোংকনয়াং
১০। তকশোন

কৈরোইহম্বা, নাকপা, লৌশিহম্বা, অরাম্পাম্বা, হাওরোংহম্বা, অঙৌবা, লুকোক, তেংকৈমুংচা, হাওরামুংচা, কারংহংঙোইবা, মৈরোংবা, রানচংথোদাবা, ঙাপুরোই, থুমপুরোই, হুমাইরোই, অহন ১, পাখং ১ অমশুং লাল্লোই খরা।

### নুপী

১। লৌরাংখোম্বী
২। য়াইবিরৈমা
৩। খাংলাংমৈরেম্বী

অমশুং

১। কাও ১
২। হুয় চাজেবী ১।

# হাওবৈ

## অহানবা শরুক

### অহানবা উৎপা

মফম—লৈরোংজমগী য়ুম।

মতম—নুংথিল।

[ হাওমুতেংগা মিৎনম্মাইনম্বাগা কাঁংনা চংলকই ]

হাওমুতেং—পারি মিৎনম্মাইনম্বা!

মিৎনম্মাইনম্বা—'পা ইবুঙ্গো।

হাওমুতেং—সনা কংলা য়াইকোলদা পাউদমলুনবা য়াঙনা ইনখরো ঐশুং নমৈ ৱায়রক্লানি।

মিৎনম 'পা ইবুঙ্গো।

[ মিৎনম্মাইনম্বানা হাওমুতেংদা মকোক নোনলম্লগা কংলা তম্না শগোল তোংহনা চৎখি। মাংগোলদা মীনিন তাবদগী লৌরাংখোম্বী থোরকই ]

লৌরাংখোম্বী—তয়ম হাওমুতেং!

হাওমুতেং—লৈরোংজমগী ইনজবী ... ...

লৌরাংখোম্বী—করি য়ারানো কোলোয়গু তয়ম?

হাওমুতেং—নোংবাল লোল্লেম য়ুমগোইবী রাংগোন লাইম্নুরা... ...

লৌরাংখোম্বী—কোলোয়মুনে তয়ম !

হাওমুতেং—নথংলেনগী চৈবৈ লাস্তাকি, স্নরীক থাবা মনুঙচঙ, লাংমৈ পুংলেন মরুথেং ওইনা হুলরাইরক্লে।

[ হাওমুতেংনা লাস্তাকি পুথোরকতুনা লৌরাংখোম্বীদা পী। লৌরাংখোম্বীনা লাস্তাকিবু কোনতুনা কপই ]

লৌরাংখোম্বী—ইমানমচাগী চৈবৈ লাস্তাকি ওইনা হুলরাইরক্লবকো তয়ম !!

[ মমানা বপ্পা তাবদা চহুইলৈরোংপাম্বা থোরকই। হাওমুতেংনা লীক্কা লাংমৈ মতুগা পুথোরকই ]

হাওমুতেং—পারি ইবুঙ্গু চহুইলৈরোংপাম্বা ! নপন্না অমং খল্লে কুম্মদাই মতমদা কোলোয়রম্মীনে…

চহুইলৈরোংপাম্বা—পনথো 'পা !

হাওমুতেং—নোংবাল ঐগী ইপারি লৈরোং য়ুমদা লৈহৌবা অতুবু পারি লাংগোন ঙম্মদরে। থাবা মনুঙচঙ স্নরীক লীকতোম লমঙাম্বা আসগা লাংমৈ মরুথেংকা অনিমক অসিবু নপন মেল্লোং মথুদোম্লে, লূরাং ইপারি চাউদ্রিবা চহুই-লৈরোংপাম্বা শীংলেন ইতুং লৈগুম্নীবা পারি নঙোন্দা রাইথুংলুও অশুম্না কোলোয়রমইনে পারি।

[ হাওমুতেংনা চহুইলৈরোংপাম্বাদা স্নরীক্কা লাংমৈ মতুগা পী ],

লৌরাংখোম্বী—পারি। নপন পন্থৌগী থাবা মনুঙচঙ স্নরীক লীক-তোম লমঙাম্ববু পারি নঙনা ওইনা পায়, লাংমৈ মরুথেংপু

য়েৎনা পায়না মপান থরায় লৈপনথোঙবু মিৎয়েং শান-
থৈনববু নপন পনথৌবু কদাইনোনে ইপারি ?

[ শারুংবানা মপান্দগী লাওরকই ]

শারুংবা—ক'লৈ মপুরেল মৈদিংগু, অতোময়োইরেম্বা সনা খোঙ-
দোইরকলে ।

[ মিৎনম্মাইনম্বানা থৌগল তৌহুনা অতোময়োইরেম্বা চং-
লকই । মযাম্না খুরমই । অতোময়োইরেম্বানা লৌরাংখোম্বীদা খুৎমই ]

লৌরাংখোম্বী—মৈদিংগু, অতোময়োইরেম্বা কোরৌ নোংখাকমৈবু
নয়োনগী লুরাই কোয়রেনথকতা তারবেনে ।

[ লৌরাংখোম্বীনা হিক্রা হিক্রা কপই ]

হাওমুর্তেং—মৈদিংগু, লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ নদাইরেম য়াম্মবা
হারালাংবখোইকোইদি লোইবী মকু থাপ্লা মরানথোঙদা
লান্নাঙহৌরে। ইয়ু কৌবা লম্মথক অরাং নোংফৌ চীঙ-
লুখুম খোয়নৌ নোংবাল চন্থ মতা তরুকমক্রা অরাং কোরৌ
নোংকালম মমান মচা হাওকু তাওহুইব্রেং তরুকমক্রা
তাল্লোয তুতাম্বা লম. থাপ্লা মানন্নাইবগী হুয়েন লানপাও-
থোনদি থসিংহিকনিদো ইনোংথৌ।

অতোময়োইরেম্বা মকু লৈথাপ্লা মনিন নাইবা, হেম্বা খুনচেৎ মরি-
শুবা, পাখংফালবু নিপালশুনা য়াকাবা, হেম্বা মশাইগোন্দা
রাওবা, মথম নাক্তা থোইরাংবনা রাংগোন লোইকারকও
হায়ববু হোয়াদরে হায়বগী মকু মপুঙ তাক্লা পম্বেংলুও হায়না

থৌশীখোনগী কৌবা চীঙলেন য়েৌঙমকা, লোকখন মরোল য়াম্বত্ শোংকিদনা লোই থৌহললুবদি ইয়ু হারালাংবখোই-কোইগী লাম্তাকিগা ম্নরীক লীকতোম লমঙাম্বগা, লাংমৈ মরুথেৎ অছুম্মকপু ওইনা হুলরাইরক্লবকো তয়ম হাওমুতেং।

হাওমুতেং—ইনোংথৌ।

অতোময়োইরেম্বা—আহ্ লাকচৈদা। ইয়ু মৈদিংঙু য়াংলৌ কৈকাবা মমোম্লোল চৈরৈ লাইমুরা রাংঙমোন ইয়োন ইবেম্মা।

লৌরাংখোম্বী—লাইরেন মৈদিংঙু।

অতোময়োইরেম্বা—ইয়ু নোংবাল হারালাংবখোইকোইগীদমক নিংথৌ ঐহাক্লা হৈপোক থেলগা শা, লানচেং লৈগা খেৎনা লাল্লোই হিংোন হিরেন কাই শাগনি। লাইলোই তোংকাচি ঙঙনা চলগনি।

চহুইলৈরোংপাম্বা—ইনোংথৌ।

অতোময়োইরেম্বা—নোংবাল চহুইলৈরোংপাম্বা নঙবু অসি নোংদগী লৈকাইশিংদা চল্লবনি।

ময়াম—লাইরেন ইনোংথৌ।

[ অতোমযোইরেম্বা চৎখি। চহুইলৈরোংপাম্বা নৎতনা পুম্নমক নিংথৌগী মতুং ইনখি ]

চহুইলৈরোংপাম্বা—পনথৌ অপোকপা। নপারিনা শুমাঙ রাইপুঙ-থকসিদা পনথৌগী লাংমৈ মরুথেৎ পায়না পনথৌ নঙবু

ঙাইখন্নীবা অসি পল্হৌ নঙদি অমুক হলৱাইৱক্লৱোইদো অপোকপা।

[ মৈ মমথখি। মৈ ঙাম্বোৱকই। হাৱালাংবখোইকোই চংলকই ]

হাৱালাংবখোইকোই—পাৱি চহুইলৈৱোংপাম্বা চৈৱৈ লমহাই নাই-ৱবৱা ?

চহুইলৈৱোংপাম্বা—পনখৌ।

হাৱালাংবা নমান খ্বাংলাংমৈৱেম্বানা লাংচীঙ কেনলাংচীঙবু হোঙ-নেমগনি অহোঙ কুম্মৈ য়েংওলাও হায়না পাওকৌৱকএ। নমানগী অহোঙ কুম্মৈ য়েংউসে, চৎসি।

চহুই—পলেম! পল্তৌগা অহোঙ কুম্মৈ য়েংবা চৎলে। পনখৌ ঐগাক খৱায় থোঙ্গালদা লৈৱম্নগে।

[ চহুইলৈৱোংপাম্বা চৎখি। লৌৱাংখোম্বী থোৱকই ]

লৌৱাংখোম্বী—পাৱিসুং ঙাইৱোইনৱি, কোৱৌনা লৈৱিঙৈদা হল-ৱাইবিৱক ও।

হাৱালাংবা - হোয়দা হোয়দা, মপাৱিগীদমক পলেম ওইৱিনা উৰী পূক্লীং ৱাবা নৎতৱা ? নপাৱিনস্তু পলেম ওইবী নঙগীদমক ৱাবা হোৌনশানি। কোৱৌ নাৱন চম্রিৰৈ তম্না হলৱাই-ৱক্কনিদা পায়মন্নুংদা ৱাৰুগন্তু।

লৌৱাংখোম্বী—আ ··· সে, পাৱি ঙাইহ্নুনা লৈৱে।

হাৱালাংবা—হা হা হা।

[ হাৱালাংবখোইকোইনা নোকই। মৈ মমথখি। মৈ ভান-থোরকলে। লাংচীঙ কেনলাংচীঙগী অমুখ্বাংলাংমৈরেম্বাগী ময়ুমনি। হাৱালাংবখোইকোইগা অমুখ্বাংলাংমৈরেম্বাগা মথুং পায়নদুনা লৈরম্মী। চঙ্কইলৈরোংপাম্বাগী মনাকতা য়াইবিরৈমানা নোকমি নোকমি তৌদুনা লৈরম্মী। সুমিৎ য়ুংলকপা মতম্নি। ]

অমুখ্বাংলাংলৈরেম্বা- পাথৌ, মরুপ লোয়না খুৎপায় অচেৎপা।

হাৱালাংবখোইকোই - পাথৌ।

অমু-- ইমোম! •মান লৈবোং অহোংবাগা তরা চামিন্নরগে তরাচা পুরকলো।

[ খ্বাংলাংমৈরেম্বীনা খুৎ হাম্নবা ঈশং পুথোরকই।

খ্বাংলাংমৈরেম্বী—পনথৌ।

হাৱালাংবা—করে করে ইমোম।

[ খ্বাংলাংমৈরেম্বীনা কোয়লাং লাওদুনা চানা-থক্নবা পুথোরকই হাওৱালাংবখোইকোইনা মথুং হামই। ]

য়াইবিরৈমা—নমানগী মাংগোল মনুংলাংগী য়ুমনুং খোঙকাঙ য-জাওদা কমকম্মুকো।

[ য়াইবিরৈমানা চঙ্কইলৈরোংপাম্বাবু কমহল্লী ]

অমু— আই! চঙ্কইলৈরোংপাম্বা! পাখং নেমনেম মকারক্লেনা। পুম্নং চংবি লায়োন খোকুম নিংথিজরেনা। ইমোম!

খ্বাংলাংমৈ—পনথৌ।

অমু— লোকলৌ তবোপ কায়গুম্বা, পামেন লোকমায় হেনগুম্বা,

লাংবন তৌত্রিগুম মদোম তোমশাংনৱিবা নমান মচা মীৱম্বা অসিবু হে ইমোম! তৱাচা পিজখিসে।

খ্বাংলাংমৈ—পনথো।

[ খ্বাংলাংমৈরেম্বীগা য়াইবিরৈমাগা অনিনা মম্বামগী চান-থৱুবা লাওলি ]

য়াইবিরৈমা—মচেম লেপু, লেপফংদৱিবি শম্নাং কোইকৱা থমচেৎ মায়কোই হেনগুমালবি, চরৈ পেক্রক নানৌফিনা য়েংত্রে শেগা কাও, ওইত্রে লেংতোল হাইকুপ্পৱিবিসে চৈরৈ খোম্ম-দোন অতোলবি ইমোম খ্বাংলাংমৈরেম্বীনে।

খ্বাংলাংমৈ—আঃ পলেমসিমা।

য়াইবিরৈমা—শেম্বী পুখম থোওনাওনাতি পালরোংবদা তৱা লুকমাই হেনলক ও।

[ লাংমৈরেম্বীনা চহুইলৈরোংপাম্বাদা পীনবা ঈশিং পুথোরকই ]

য়াইবিরৈমা—হোয়নে শেৱি লাইজা পুৱকউনে। ইহুরোইনাইদা পিয়ো।

খ্বাংলাংমৈ—সে।

চহুইলৈরোংপাম্বা—ঔ।

[ চহুইলৈরোংপাম্বানা মখুৎ হাম্মী। খ্বাংলাংমৈরেম্বীনা চহুইদা মখুৎ তৈথোক্ৱবা কি পীৱম্মী ]

য়াইবিরৈমা—ইমোম! পীজনিংবা মথোই তোংনা চাহলনিংবা মৱাং-কাইনা য়েল্লাং লুক্কোয় মথেন তৈনা শানশেমউকো।

খাংলাংবৈ—হোয়।

য়াইবিরৈমা—ইমাগীনুং তরা পুররক্লো ইহুরোইনাইগা তরা খুৎপুন পীমিন্নরগে।

অমু— ইমোম শারেল থাংজি লৈতোং হেন্নরকউনে।

খাংলাংবৈ—পনথৌ।

অমু— চহইথৌ লাবা শাওনবা নহা মীরাইতম্বা অঙাংদা হাপ্লুনে।

হারালাংবা—হাঃ হাঃ হাঃ পাথৌ, শারেল শাসিদি কাহাপ্পরেনা। য়ারে য়ারে ইমোম।

অমু— চথোম লুরুক চাউনা চাওনে পাথৌ হাঃ হাং হাঃ।

য়াইরিরৈমা—ইহুরোইনাই চহুই অহোংবা মপারি ও!

চহুই— ইমান খাং লৈমাবি।

[ য়াইবিরৈমাগা চহুইলৈরোংপাম্বাগা চাক চামিন্নরি ]

য়াইবিরৈমা—মমান ঐবু অরা থৌকাওগন্নুকো। নোংবাল নওনা অচাও লেপ্প্‌ লেপকারা অশাং লমবু কংলবদা ইনিংরোল পলেম নমা রাংগোন লাইমুরা অতেংবি রাংওম্লাক হিমোম শাকবিনা মীরাই মশোক শোকপা পোওলাইমা তাও-ঙৌবাগী মমোমলোলবু হোইথিরুবদি হোয়াওকো।

অমু+হারা— হাঃ হাঃ হাঃ

[ চহুইলৈরোংপাম্বা ইকাইনা লৈ ]

য়াইবিরৈমা—ইমোম নওঙং তরা চাররো। ইহুরোইনাইগী চাক-জেমথাক অসি তরা চাতংলরোসে।

[ ময়াম চাবা লোইরে। খাংলাংমৈরেম্বীনা চহুইলৈরোংপাম্বানা লেম্লম্বা চাক চায় ]

অমু— পাথৌ লৈরোং অহোংবা।

হৱালাংবা—পাথৌ অমুখাংলাংমৈরেম্বা।

অমু— পাথৌ, লমলেল লাংচীঙ কেনলাং চীঙবু হোঙনেমগে হায়বগী খোইমুজম, ঙারংয়াম্বম প্লম্না খোম, কালতেক থোঙজাও. থাঙ্গা, কমবোং য়েনপৎনা কল্লা হেমচেং তোরাম্লনা লাংচীঙ কেনলাংচীঙবু হোঙনেম্বনিদো পাথৌ।

হাৱালাংবা—পাথৌ।

অমু— খাং ইপাতাউশিং ও অমু খাংলাংমৈরেম্বা এগী শেল্লোয় ইপাতাউ নোংবাল হারালাংবখোইকোই শীংলেন অহোং-বানে। ইয়ুম খাং অশৈবা অহুম্মক্লা খাং অহোংলোলবু শৈশক ও। তাখন লাথা পূং য়ৈরো। খোয়নৈ মলাংমৈবু চেপথেৎনা লাংমৈ পুংলেল চীল্লো। খুবাক তাবুং খু, নোয়না ঙমতম হৌনা জগোই লেপলো নোংবাল মাংদা শারো।

ময়াম— লুরাং সিমারিং নোংকাবিনা ওইথি 'চেক,
সিমারিং নানতৈবদি পাল্লোই 'চেক,
উমারিং নানতৈবদি থোঙথিঙ 'চেক,
চেক্লা শাগন তুকাং থেক্লা হোঙনেমএ
অমুখাংলাংমৈরেম্বা ও কোলোয়নএ।

[ অমু খ্বাংলাংমৈরেম্বাগী মকোকতা ময়াম্না উচেক লাংমৈগী মতু থেংলি। খ্বাংলাংমৈরেম্বানা উচেক মতু অনা হান্নালাংবখোই-কোইদা থেংপি ]

অমু— পাখৌ লৈরোং অহোংবা নপাখৌ ঐগী মেল্লোং ইখুদোন নপাখৌ ঐনা পাখৌগী লুদা থেংপা লাংমৈ নরুথেং য়েংবদা ফজরেহে পাখৌ।

হান্নালাংবা—পাখৌ।

অমু · হান্না—হাঃ হাঃ হাঃ

[ অমুখ্বাংলাংমৈরেম্বাগা হান্নালাংবখোইকোইগা কোনৈ। মৈ মমথখি। মৈ ভাম্থোরকলে। হান্নগী লৈরোংজমগী য়ুম অহুনি। চহুইনা মখুৎতা পায়ন্নিবা লাংমৈ মতু ে ংহুনা কপই ]

চহুই— ইমান খ্বাংলাংমৈরেম্বাগী মেল্লোং মখুদোন! ইপন পনথৌ অপোকপবু কদাইনোনে পনথৌগী লাংমৈ মরুথেং ?

মৈ মমথখি। মৈ ভানথোরকই। ে ৌরাংখোম্বী লেপতুনা লৈরম্মী। চহি খরা হৌখিহুনা লৌরাংখোম্বী অহন ওইশিল্লে।

লৌরাংখোম্বী—ন্নাংগুম চৈরৈ কিবালগুম, খুয়া থৌবি মরাক চাম, খুৎফাং লোনজা মরোল হু, লোইদাম কুমজা মরোল য়াম, কোরৌ নোংবু মশিং থিঙমদনা পারি মাবু নাউ-য়োক্লকপবুঅচাউ লেপফারকলে শাংগু লেপওম্লকলে। খুন্নায় লমথক কোয়না ন্নাংখৈ লমখা কোয়না ইহুইন্নোন ইবেম্মা হোইথিরুববু মানা হোয়াবা লৈতরে। ইপারি, পারি, ইমানা য়ান্না অমা কোলোয়গে।

[ চহুইলৈরোংপাম্বা পাথং মপুং ফারে ; থোরকই ]

চহুইলৈরোংপাম্বা—তাকপিয়ু পলেম।

লৌরাংখোম্বী পারি ! নমা ঐনা হায়বা য়াব্বা হোয়ারোগবা পারি।

চহুই— করম্বা কোলোয় নয়াথংনো পলেম?

লৌরাংখোম্বী—য়াইস্কুল চন্নু সানৌবিগা লুহোং থৌরম মপুং লাক, মুরেপ চারা তম্নসিদো ইপারি?

চহুই— য়াইস্কুল চন্নু সানৌবিগী য়ারাসি কোলোয়বিগন্নুদা পলেম।

লৌরাংখোম্বী—পারি খাই চন্নু সাহেনবিবু শুমাঙ উরোং খিংলসিদনা?

চহুই— পলেন, খাই চন্নু সাহেনবিগুং কোলোয়বিগন্নু।

লৌরাং—চহুইলৈরোংপাম্বা পারি ইবুঙ ! নপনগী লেপলৌ শিম্বা ওম্নবা নমাগী কোলোয়সে হোয়ারোগবা পারি। অহন মতম ওইরবি নমা ঐবু পায়মন্নুদা নুংশিদরবরা?

[ লৌরাংখোম্বী মথরায় মুঙাইতনা চংখি ]

চহুই— পনথোগী লেপলৌ শিলনবা আহ ··· পনথো!

[ চহুইলৈরোংপাম্বা তূমথাখি। চহুইলৈরোংপাম্বাগী মমঙদা খাংলাংমৈরেম্বীনা মায়থোং তেঙাং তঙাংনা ফিনা কুপ্পা চয়োম অমা মকোকতা পুরকই ]

খাংলাংমৈ—শাবি ইবুঙ নুংশিবা ইনেম মচা পামুবা লমলেল হুইত্রাওবি লম্মহুন্দা তরা চয়োম পুরকলে।

[ খাংলাংমৈরেম্বী চহুইলৈরোংপাম্বাদা চয়োম পী ]

খ্বাংলাংমৈ—মানজা ইনেম্মচা পাম্নুবা নঙনা য়াম্না ইতম শা তাৎবু নয়ান নঙবু য়াওনা হলরাইরকলো—হলরাইরকলো।

[ খ্বাংলাংমৈরেম্বী মাঙখি। চহুইলৈরোংশাম্বা থিকপ থোরকই ]

চহুই— লাংমৈরেম্বী……। ওহ্… খোমলেন মঙলানচান ওইরে। লমলেল কেনলাংচীঙবু হোংনেম্বা চহু খ্বাংলাংমৈরেম্বী নঙবু পাংশোই থম্বাল লৈঙাঙলৈ লৈরাং লৈখোক নোপ্পা পাম্বা শীংলেন পোমবোম লৈগুম নিংথিরম্লগনি।

[ লৌরাংখোম্বীনা চয়োমগা য়ুগা পুহুনা থোরকই ]

লৌরাং – পারি।

চহুই— আহঃ পলেম।

লৌরাং—মৈদিংঙু অতোময়োইরেম্বানা য়াম্না ইতম শাতাম্বদা পোইরৈ হম্-হম্বা, রাংঙম মপা-মচা নাইবু খাকফরোই হায়না লৈকাই খুনথোঙ মরিমক্তা খুনলক পাওগা চেলখিবনি। সে তরা চয়োম লাকনা রাংলৈ খোমহালনরবনি।

চহুই— পলেম, অসি নপারি ঐগী খোমলেন ইমঙচান্দা হাওরৈ নোংচুপ্পা পাংবরমদগী লোইদাম থাজা মশা পালনা পাই-রকপবু মোংবা ঐখোইগী য়মলেল কারেলমুংদা পাই-শিল্লকপবু উরমমে।

লৌরাং—পারি লৈরাং অতোম্বা, খোমলেন নংগী মঙলানচান অসিদি…

চহুই— পলেম।

লৌরাং—রায়রা শাদা তারবস্থ শাহুরা…।

চহুই— ত্তম।

লৌরাং—হুয়েন লান্দা তারবদি লান পাথংবু কাঙেনে। য়ারো শানা খোঙশানবত্তম ওয়া শানখোক ও।

[ লৌরাংখোম্বীনা কি পুথোরকই ]

লৌরাং—পারি, নপন পনথোগী মেল্লোং মথুদোন রায়রা শাতাকি হুয়েন লাস্তাকিবু অসি ইমানা নওগী খুৎতা শিলনরবনি। লুরাই লুদা থোংলগা চৈরৈ নমথাংনৌকো।

[ লৌরাংখোম্বানা পুথোরকপা কিবু চহুইলৈরোংপাম্বাগী মকোক কৎহল্লগা শেৎহল্লি। লৌরাংখোম্বীনা তা, চুং লৌথোকলুই ]

লৌরাং—তিলমেল খুৎতা পায়রো, চুংলোঙ ওক্তা হুকলো।

[ লৌরাংখোম্বীনা মচাবু মমিৎতা মপি তানা কোল্লি, মচাগী মকোকতা চুপই ]

লৌরাং—পারি, নপন পনথোগী লেপলৌ শিলবা ওম্বা ললকুবিরবনি ইমানা।

চহুই— পলেম।

লৌরাং—পারি।

চহুই— পলেম।

লৌরাং—অসি নওগী নমওলান শাবি শানৌ ঙাইদত্তং শেল্লোর নপাতাউলকতত্তুং খোমলেন মঙ নিথোকলুগমুকো। চৎলো চৎলো য়াইকবা ওইমু ইপারি।

[ লৌরাংখোম্বী ইমুঙ চংখি ]

চহুই— উম, পাথৌ শেনখোইদা ঐহাক ইনোংথৌনা শা তাবা খোঙদোইবসি য়াওররোই পাথৌনা কনবা য়াম্না অমা ওইনা কোলোয়রো হায়হ্না পাঙ্মেল্লুখিগে। মুংওন পুক-হুবিগীদমক মুংশি তঙতু ইরৈ চল্লীবা ঐনা অম্না হুইম্নাংশোম্ববু কোল্লগে।

[ চহুইনৈরোংপাম্ব ১ চৎখি ]

[ মৈ মমখি ]

## অহানবা শরুক

### অনিশুবা উৎপা

মক্ম—লাংচীঙদা খ্বাংলাংমৈরেম্বীগী কা।

মতম—অয়ুক।

[ খ্বাংলাংমৈরেম্বী ফমুংদা ফমহ্না লৈরম্মী। য়াইবিরৈমা চংলকই ]

য়াইবিরৈমা —আ...ইমোম ইবেম্মা অতোনবী না তাওনে। ফালতেক শেনলৈ ঙাইবানা হৈরাং খুদোন পুনা শুমাঙ উরোং খিনগে হায়রিনে।

খ্বাংলাংমৈরেম্বী—ফালতেক শেনলৈ ঙাইবাবু থংলেন রাম্নংচান ওই-মানবদি হোয়ানিংদেদা পলেম।

য়াইবি—হায় হকমল্লেদা নওশুং। থাওগা, কমবোং, উরোক উবানা রাংলৈ থাওতং মোমবু নাক্তা য়েপ্পা য়িমচিন কাকক্কৈ থাগে হায়ররবশুং হোয়াদবা!

[ অমুখ্বাংলাংমৈরেম্বানা খৌদেম্নগা চংলকই ]

অমুখ্বাংলাংমৈরেম্বা—অহম। রাংগুম খোইমুচা পাখং অম্বাম্বশিংনা হৈরাং লুথোং পুনা পাচা নানমগে শেন্কু থৌ থিংগে হায়বস্নুং ইমোম নওনা হোয়াদবসে য়াম্মল্লবনিকো। হে ইমোম পেম্মা ও! মোমনু ননিং তন্না ইমোয়া 'পাম খনজয়ো।

খ্বাংলাংমৈ—পনথৌ।

য়াইবি—হায়মা! খ্বাং ইনিংথৌগী ারাসিবু করম্বা ারানোনে?

অমু— পেম্মা কাইরৈ তোপথা য়েনগুম থাদোকলো কান্নদে খ্বাং াাইনা তম্বনি। লাকতুম লাক ও।

[ অমুখ্বাংলাংমৈরেম্বাগা য়াইবিরৈমাগা চংখি ]

খ্বাংলাংমৈ—ইমান মচা পামুবা, নুংশি নওগী পিশুম পাগোইনা লিরুং ওই, অপাম মোলমোল মিনোক্পা লিরি ওই, মিৎমৈ তোরাল চোইশা তেন, শীংলেন লৈগী তেনপুম মওামানা নুজা খোয়জিন্নুং য়াকমদা তেনজৈ নোপ্পা পাল্লবি ঐদি ইদোম শৎকে শৎওমদনা চহি কুমজা কয়া কুইনা ওাইখমখোগে!

[ খ্বাংলাংমৈরেম্বীনা মখুৎ তিংথোকতুনা মখুৎতা মোন খাংতুনা তুমখি। খ্বাংলাংমৈরেম্বীগী মমওদা চহুইলৈরোংপাম্বা চংলকতুনা

লাংমৈরেম্বীগী মপামবোমদা মোন খাউত্তুনা হিপলে। চহুইলৈরোংপাম্বানা খ্বাংলাংমৈরেম্বীগী মশা পায়হুনা হায়রকই ]

চহুইলৈরোংপাম্বা—নশাবি ঐদি য়াম্না ইতম শা তানলুঙেনে। নশাবি ঐদি য়াম্না ইতম শা তানলুঙেনে।

[ চহুইলৈরোংপাম্বা মাঙখি। খ্বাংলাংমৈরেম্বী মঙলান্নবত্তম তৌই ]

খ্বাংলাংমৈ—অকঃ আহা···

[ খ্বাংলাংমৈরেম্বী মিকপ থোরকই ]

খ্বাংলাংমৈ—ইমান মচা পামুবা নত্তবু মুরা পামবোমদা ঙাইখাঙনা য়াম্না ইতম শাতান্নুঙেনে হায়না পাওমেনলম্ববু খোমলেম মঙখৈনরকপদি তাইবং মালংপাম্বু, ওইরবরা!

[ মচাগী মীকপখোন তাবদা য়াইবিরৈমা চংলকই, কাংখল হাইগৎতুনা মচাবু হৌদোকই ]

য়াইবিরৈমা—ইমোম ইবেম্মা নিংথিবি নত্তনা খোমলেন মঙকপরকপবু করি হানো? ইমাগী ইমোম হৌগৎলো।

খ্বাংলাংমৈরেম্বী—পলেম ইমা পোক্লাবি, নমোম ঐগী খোমলেন মঙলানচান্দনে ···

য়াইবি—উম।

খ্বাংলাংমৈ—হিদেন ঐখোইগী ঈতারম লাইজা ঈন্নাইকমদা চৈরৈ কিত্তরিঙেদা য়োয়মায়াই লাইরেন তাউদম্ববু শমু খুৎনা থাম্না নমোম ঐগী থাদা পম্নগা মাঙশোক কল্লাংচাল অসিদা চৈরৈ থৈত্তপন্নুংদা হারিথানা ···

[ কাও খোংলকই ]

কাও— মো ···

খ্বাংলাংমৈ—ইপন কাওরেন ইশলচা মাম্বী ভারা পুণ্ডচোংবাগী কাওরেন শলয়াংথকতা তোংলগা হুমিৎ তুংদা লেয়া হাওরৈ নোংপোক্লা পাংবরম ইরান য়িমথিভৈনে হায়ন। চৎখিবা মণ্ডবু মণ্ডলমএ।

য়াইবিরৈমা—ইমোম নঙগী খোমলেন মণ্ডলানচান অসিদি লাইরেন মৈদিংঙু কাইনৌ ইরেংবা মমোম তক্ষা ব্রাংঙমলোন লাইশ্রা ঙকয়াম্বীগী মপারি নোংয়ায় থোঙবুহম্বাগী খোমলেন মণ্ড-লানচানগুম্ববু ওইয়ে। ইমোম।

খ্বাংলাংমৈ—পলেম।

য়াইবিরৈমা—খ্বাং নতারুপ কেগে নচেম ভাইবদা খোমলেন মণ্ড লিথোক্কনুকো।

খ্বাংলাংমৈ - পলেম।

[ য়াইবিরৈমা চংখি ]

খ্বাংলাংমৈ—য়োম্বমায়াই তাউদম্বদি কোংয়াং সন্না ব্রাইরক্লে।

[ খ্বালাংমৈরেম্বীনা লাপ্না য়েংই ]

খ্বাংলাংমৈ—মানজা খোমলেন ব্রাকাওঙমদে পামুবা।

[ মৈ মমখি ]

---

## অহানবা শরুক

### অহুমশুবা উৎপা

মফম—তুরেন মপান মতম—সুমিৎসুংবা মতম।

[ চহুইলৈরোংপাম্বা চংলকই ]

চহুইলৈরোংপাম্বা—ও! তাকলেন নোংথিলয়াইবু নাতৈনা হুইক্রোইবি লম্মাহনবু য়ৌরকপদা খোমলেন মঙলাননি রাকাওরুহুনা ইশানৌ খাংলাংমৈরেম্বীবু লমওক্লগনি নিংখল্লুরে। ও! খোমলেন ঐগী মঙলানচান অসিবু শরী রাবু ওইরে। চৈরৈ তাশিল শেৎলগে। খুদৈ শানা লিরৌ য়েৎলগে। তিলমেল তাথোক শৎনা খোক্লাং লেংদা থোংনা কাওরেন শলথিববু শানা মুরা লোককোল, লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবানা থৌনাঙৈদা উমু লাইতোংবা শোঙঙাইরাবানা নাঙেখোং খোংলেল লাইজা ঈপান ইল্লগে।

[ চহুইলৈরোংপাম্বানা নারকতা লান্তাকি চুং অমসুং তা লোৎলম্লগা তুরেন মপান ইল্লা লাকই। তুরেন রাংমদা খাংলাংমৈরেম্বীনা পোমশাৎনবা লৈ অমা থেৎলহুনা কি শুমহুনা লৈবা উই ]

চহুই— ওঃ চৈরৈ কিশুরিবি মুজা অমা লৈরে ··· আঃ

[খাংলাংমৈরেম্বীনা চহুইলৈরোংপাম্বাবু উবদা নিংদোল চোংই]

খাংলাংমৈরেম্বী—নোংবাল নঙনা ইপন মকাই কারকঙৈদা অপাম চেংলৌ ঙককোইলাং নমু ক্ষানা কোঙগোই লাংনা কারম্বি নশানৌ খাংলাংমৈরেম্বীনে।

চহুই— ইনেম মচা।

খ্বাংলাংমৈ—লাইজা তম্না ঈরাম্লকও।

[ চহুইলৈরোংপাম্বানা তুরেন লানথোরকই। মথোই অনি উখোংখাদা চেনশিন্নরকই। খ্বাংলাংমৈরেম্বীনা চহুইলৈরোংপাম্বাগী মথুৎ পায়। চহুইলৈরোংপাম্বানা লাংমৈরেম্বীগী মঙকতা কোললি ]

চহুই— অপাম চেংলৌ শকপাম লাং, মুংশি কোঙগোই হুক্না লাং, মিৎচৈ হাইকাপ মোলমোল লাং থমোয় লাংগী লাংবু মৈচুনবি মুংশিবি।

[ খ্বাংলাংমৈরেম্বীনা তনিক তনিকপা রাহৈনা হায়রকই ]

খ্বাংলাংমৈরেম্বী—মুংশিবা, কোরৌ নোংময়তাবু পানা লম্লানজদনা শীংলেন লৈরোং মাবু থাইনা চিন্দরিবিনে।

চহুই— অহেন মিৎচুরা নোংমদোন লাইনুরাগুম্বী; লাংচেংমাও শাৎরোই পুচেঙমাও পোম্মরোই, কেগে শরাতোংবি পুন্না মরকতাগী শীংলেন কোদোম মপালগুম নিংথিবি। পাৎ-শোই থম্বাল লৈঙাঙলৈ, শীংলেন পোমবোন লৈ, লৈরাং লৈখোক নোপ্না পাম্বা লৈগুম নিংথিবি।

[ চহুইলৈরোংপাম্বানা খ্বাংলাংমৈরেম্বাগী মকোকতা থেৎলম্বা পোমশাৎনব, লৈ লৌথোক্লগ, তপ্না তপ্না লৈনা কনদোকহনহুনা শাৎহললি। খ্বাংলাংমৈরেম্বী মুংশি ঈপাকতা মঙলানগুম তাওরকই ]

খ্বাংলাংমৈরেম্বী— মুংশিবা, থংলেন নাকতা থানা কোরৌ নোংপুম্নবু হাওদনা মুংশি লিয়েৎনববু মঙলানচান্দা উরমমি।

[ খ্বাংলাংমৈরেম্বীনা মফি কনথোকই ]

খ্বাংলাংমৈরেম্বী—ইতা কনাগী মথংলেন মাবু তাংজদে খোয়নৌ কনাগী মথংলেন ওইনদে। ইপন মরানয়াই ইত্ত মশাইগোল মোংবা য়ুমলেম্নুংবু চগুলসে।

চহুই— মুঙ্গা ননিংনা মোমন্ত ·গুনা অপাম্ববু লৈরবদি চৈরৈ ঐগী লাস্তাফিগা ভিলমেল ইখুৎশুগা অনিবু খোয়মা নারোন্নংদা লোৎলম্ববু চেনরাইনরুখিগে।

[ চহুইলৈরোংপাম্বানা তুরেন লানথোকপ্রগা নারকতা লোৎলম্বা লাস্তাফি, চুং তা লৌরুই। তাখোকতা তা হাপচিললি। খ্বাংলাংমৈরেম্বীনা শুরম্বা কি খোমজিল্লী ]

চহুই— হুমঃ ইমান খ্বাংলাংমৈরেম্বাবু ইকাই।

খ্বাংলাংমৈ—ইপনবু করিগী ইকাইরুরিবনো ?

[ খ্বাংলাংমৈরেম্বীনা মানা শুরম্বা ফিগা চহুইলৈরোংপাম্বাগী লাস্তাফিগা চুংগা মকোক্তা থোংগৎলি। চহুইলৈরোংপাম্বাদগী তা লৌহনা চৈশু ওইনা শুই ]

চহুই— আঃ

[ চহুইলৈরোংপাম্বানা উ মরুমদা লোৎতুনা লৈ। য়াইবিরৈমা চংলকই ]

য়াইবিরৈমা— ইবেম্মা ! কদাইদগী লাস্তাফিনো নঙনা তাংজা লুদা থোংলিবদো ? হায়য়ো, নখুৎতা শুরিবদো কনাগী ভিলমেল মখুৎশুনো ? নঙনা য়েংলিববু করি ওইরবু লৈবনোনে ?

[ খ্বাংলাংমৈরেম্বীনা চহুইলৈরোংপাম্বাবু মখুৎ খৎতুনা কৌ-থোকই ]

খ্বাংলাংমৈরেম্বী—আ··· থোরক ও !

[ চহুইলৈরোংপাম্বা ইকাইনা থোরকই ]

য়াইবিরৈমা - ইমোম চৈরৈ খোম্মদোন অতোনবী নহা মীরাইতম্বা অসিবু কদাইদগী অঙাংনো ?

[ খ্বাংলাংমৈরেম্বীনা মখুৎ খুৎতোন বৈহুনা হায়রকই ]

খ্বাংলাংমৈ—ইপন পম্বৌ নিংথৌনা লাংচীঙ কেনলাংচীঙবু হোংনেম-ঙৈদা ইরান য়িমকারকঙৈ নহুরোইনাই নোংবাল মহাক্কী তরাচা মসেমখাকপু নমোম ঐঙোন্দা পিজখিবা লৈরোংজমগী নহাতুনে। ইনেম মচা থংলেন অপামচাক, লোইয়ম্বা চামল চুচিন চাক, অপাম চেংলৌ শকপাম চাক, মোমম্ন য়োইপুনাই খোইরুম চাকপু নুজা য়াব্বা থোন্নাইদনা তংজখিবা নৎতরনে পলেম ?

য়াইবি—ইহুরোইনাই নোংবাল নঙগী চেংলৌ শকপানথোংবু নমান ঐনা করম্নবু শকখঙলুদবনোকো।

[ অমুখ্বাংলাংমৈরেম্বাগা হাওরোংহন্বাগা চংলকই ]

অমুখ্বাংলাংমৈরেম্বা—হায় মমা !

[ য়াইবিরৈমানা চহুইলৈরোংপাম্বাগী মখুৎপু য়েৎনা পায়, খ্বাংলাংমৈরেম্বীগী মখুৎপু ওইনা পায়হনা অমুখ্বাংলাংমৈরেম্বাদা খুরমহল্লী ]

রাইবি—কেগে খ্বাং ইনিংথো ও ! শেল্লোয় নঙগী নপাতাউ লোযনা অপান্বা. অয়ুক ঙন্না কংলা থৌকাবব্ কামিন্নবা, ন্নমিদাং কংলা থৌকুম্বব্ কুম্মীন্নবা নপাথো লৈরোং অহোংবাগী মপারি, ইত্থনিংথো মাঙদা চৎনা ইরান কৈকারকঙৈদা নখোম লাংমৈরেম্বীগা চেংংৌ শকপান্নখিবব্ মপন কনা শাস্তাকতা পলেম কনা শানকোংবিদবব্ নোংবাল মপুলাই লুন্নাং মপালাই, খ্বাং পোকলেল অচিবানা পুশনবিরকপা ওইরে ।

অমুখ্বাংলাংমৈরেম্বা—শেল্লোয় ইপাতাউ পাথো ঐগা লাইরা কানা য়ুপা ছুলমিন্নবা উৎখা রাইখা নেৎপব্ নেৎমিন্নবা, শুগাঙ থেলখো শাবব্ শামিন্নবা, থৌদাবব্ থামিন্ননা কম্মান্নরম্বদগী কোরৌ নোংকা য়াঙগ্রবগী তম্বা মায়ন্তুং থোকপদা লোনয়িম নাকপু চঙলুদে চেংজা ঙমলুমলুদে হায়না পায়নান্নুংদা রাওই-নগন্নুকো ।

চহুই— ইমান খ্বাং ইনিংথো ।

[ খ্বাংলাংমৈরেম্বীনা চহুইলৈরোংপাম্বাদা খুজিন্না শিকই মখোই অনি চৎমিন্নখি ]

অমু— ইদাইরেম লমকেল হাওরোংহনবা !

হাওরোংহনবা—খ্বাং ইনিংথো ।

অমু— ইদাইরেম, খুরায় রাইরংবা মশাইগোল তাউজিং হৈগ্রে লৈকাই মপালশাংদা থুন্দাকবা নোংবাল লৈরোং অহোংবা ময়ুম নাকপু চঙনা পাওমেনলু ও । নত্থনিংথো কেগে অমু

খ্বাংলাংমৈরেম্বানা অহন মতম ওই, মালদৈ চীংওম্নবদা তম্ফা সনা নখোউখাদা থৌশীরক এ।

হাওরোং—খ্বাং ইনিংথৌ।

অমু   নোংবাল নপাবি মাকপোরেম চহুইলৈরোংপাম্বাবু ইমোম চৈরৈ খোম্মদোন অতোম্বা খ্বাংলাংমৈরেম্বীদা কেগে তেংনা য়িমকাররে খ্বাং মুইনলরে ; রাংও্লোন নওবু মরাল য়াংনা খ্বাং ইশাইগোনবু য়ৌরক ও অসুম্না কোলোয়রু ও।

হাওরোং—ইনিংথৌ।

অমু—   অমদি লমফেশ হাওরোংহন্বা, শেম্লোয় ইপাতাউ লৈরোং অহোংবগী লমচঙ থোঙলেন লৈরমদবা, মোংবা মুমলেন শাইকঙ কোপ্পা, শূমাঙ তিংথৌ পোকপবু মিৎয়েং শানথৈরগা অহন মিকপ চৈরোইননা শানশেমবিরমমো।

[ মৈ মমথি ]

---

অহানবা শরুক
মরিশুবা উৎপা
মফম—সনা কোম্মুং
মতম—মুমিৎয়ুংবা মতম।

[ কোম্মুংদা ময়াম চাক চানরি। নিংথৌগী খুদা থাহনা লৈ। লৌশিহন্বা মখুৎ তৈথোকতুনা লৈরম্মী। হেমতৌ লোইয়ম্বাগা অরামপাম্বাগা চংলকই ]

হেমতৌলোইয়ম্বা · খাবম লৌশিহম্বা নোংথোম্বা !

লৌশিহম্বা—লাইরেন মশানৌ।

হেমতৌ—করিহৈকিকি নোংবাল অরামপাম্বাহম্বানা লাইরেন মশানৌ হেমতৌলোইয়ম্বা ঐবু অতোলশাংবা নোংয়ায় মপৃঙয়াইদগী পাউকৌরবনো ?

লৌশিহম্বা ইনোংথৌ, নয়াম্বুং ইবুঙ মৈদিংঙু অতোময়োইরেম্বানা মদাইরেম লূরাং নোংবাল হারালাংবখোইকোইবু মকু থাপ্লা খুন্দা লোইপোৎ থোবা থৌশীখিবদা হেম্বা মখোইনা নোংমন-হনথিববু লাংহৈ কুমশিং কয়া ওনগ্রবগুং লমনথুম্নবা থৌরাংদে হায়বা খোনগীদমকপু লাইরেন মশানৌনা ফম্মোই মিৎপু ফমবা ফলাং মৈবু তোংনবা পাউকৌরবনিদো ইনোংথৌ।

অরামপাম্বাহম্বা লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ নঙদি তুবী থমং লৈমাচা থমং নিংথৌ লিক্লাই রাংগোন লৈমাচা রাংগোন নিংথৌনে।

লৌশি—ইনোংথৌ শেলৈ মীরু তোং পোইরৈ ঈরাই খল্লরো, মুংনাং মখোই নেৎনা মরাই কোইরেল তোংলরো।

[ খাবম লৌশিহম্বাগা অরামপাম্বাহম্বাগা অনিনা হেমতৌলোই-য়ম্বাবু নিংথৌগী ফমফমদা ফমহল্লী ]

লৌশিহম্বা -অসি চামু চাঙৌপালগী চনৌ হুইচিনতু কংলা চাকচা নোংসিদি নোংবাল অরামপাম্বাহম্বানা পললতোংবা, খাবম লৌশিহম্বা নোংথোম্বা ঐগী শংলৌ ইথৌরাঙ য়েল্লাং ইঙম-দমনিদো।

[ অতোময়োইরেম্বা মনাইনা কি থৌগন তৌহনা চংলকই ]

অতোময়োইরেম্বা—ইদাইরেম মচেঙ কাইরৈ য়েনতাল্লোই অনং ফিহাইরোইশিং ও, তাউদম্বা ইঙাইরোইনা মুমিৎ খিংখিং খেং কারকলে। কমথৌ য়াকাররবরা ? নিংথৌ পোংপৈরবরা ?

লৌশি হোয়দা লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ ও তুবী নঙগৈহে লাইরেন নমালহৈ কনানো ?

অতোম—খাবম লৌশিহম্বা নোংথোম্বা !

লৌশি—তুবী নঙগী কম্মোই মিৎ লাইরেন নঙগী কলাং মৈবু কম্না কমথৌ য়াকারে

অতোম—কমথৌ য়াকারে ?

লৌশি—লাইরেন পোংপৈরে।

অতোম—লাইরেন পোংপৈরে ! ওঃ লিক্লাই ইশানৌ হেমতৌ-লোইয়ম্বা নরিঙৈনে। তুবী কম্মোই মিৎ লাইরেন কলাং মৈবু তুবী অনি খাচিক্লা লাইরেন অনি খাকাংনকদে। লিক্লাই ইশানৌনা মদোম পাল্লোরগনো।

[ ময়াম তুমিন তুমিন লৈ ]

অতোম—য়োইবু খয়োইরোন লিক্লাংখোম্বীগা ইপারি তৌরেলখুবা, তৌরেলহম্ব। মখোই তরেৎমক্কা ঙাইরোইননা নোংয়ায় চাউবাপুঙবু রাকয়ৈ খোঙওইননা ইত্তাল্লগে। তম্বা কনানা ইরান ওনতেখিসে তুবী কম্মোই মিৎ মুল্লুখিসে হায়না থৌখামলবসুং হোয়াররোই। ইশানৌ হেমতৌলোইয়ম্বানা পোইরৈ খুননিংথৌবু ওইহল্লম্লবনি।

[ অতোময়োইরেম্বা মুঙাইতনা চংখি। ময়াম নোকতুনা লৈহৌই ]

ময়াম— হাঃ হাঃ হাঃ পোইরৈ খুনানিংথৌবু ওইহল্লমবনি হাঃ হাঃ হাঃ

[ মৈ মমথগ্রগা ঙানথোরকই। হেমতৌলোইয়ম্বা কমতুনা লৈরম্মী। খাবম লৌশিংহম্বানা থৌগন তৌরম্মী ]

লৌশি—লাইরেন ইনোংথৌ অশাংবম লৈমানা খোঙহাম্না, অরাম্বম লৈমানা ইরু শানতেংবিরেদো। লৈরোংজমবু শীংলেন লৈকৎহজরগে।

[ লৌশিংহম্বানা কৌশিম্বদগী খাংলাংমৈরেম্বীনা চহুইলৈরোংপাম্বাগা লোইননা চহুই মপানবু খয়োম শানা পুল্লগা লৈ কৎলি ]

লৌশিংহম্বা—মৈদিংঙু লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ তয়ম লৈরোংজমগী মনাইবিনা শীংলেন লৈকৎচরি।

হেমতৌলোইয়ম্বা—ওহ ! শীংলেন লৈকৎলবি !

[ খাংলাংমৈরেম্বীগী মশক উবদা হেমতৌলোইয়ম্বা ঙাওই ]

হেমতৌ—চহুই লৈরিকচিন অচুম্বা, মেল সনা রাহুইরাং মেশতোমপোক পাল্লোই খুৎঙমলে অসিবু কদাইরমদগী লৈহেকলুবনো? কোলোয় মপাউ হংউ।

খাংলাংমৈ—আঃ

[ খাংলাংমৈরেম্বীনা চহুইলৈরোংপাম্বাদা য়েংই ]

চহুইলৈরোংপাম্বা—লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ শেল্লোয়চীঙ লঙমাইবু কানা থয়োং চুম্বা লোকচাউদগী শীংলেন লৈরাংজরুবানে ইনোংথৌ।

লৌশিহনবা—লাইরেন মৈদিংঙু হেমতৌলোইয়ম্বানা লুংনাং মখোই নেৎনা তুবী কম্মোই মিং লাইরেন কলাং মৈ তোংনবা কম্বাল পোৎলোই মশিংগুনা পুরক ও।

[ চহুইলৈরোংপাম্বাগা খ্বাংলাংমৈরেম্বীগা চংখি। রাকতোং-থরাউচিনচিংবা খোংহুনা নিংথৌ কম্বাল তোংখরে। মৈ মমথখরে। মৈ ভানথোরকপাদা হেমতৌলোইয়ম্বা লৈ পরেং অমা পায়রহুনা নান নান্দুনা লৈরম্মী ]

হেমতৌলোইয়ম্বা—চহুই লৈরিকচিন অচুম্বা হাঃ হাঃ হা: চীভথোভ থৌতাইরেম তয়ম অঙৌবা ! লুকোক !

[ অঙৌবাগা লুকোকা চংলকই ]

অঙৌবা+লুকোক—মৈদিংঙু লাইরেন কোয়ৌ ইনোংথৌ।

হেমতৌ—নোংথিল চৈরৈ ফিরাল্লোই চেংলৌ মিৎনা য়েংববু মিৎলম খঙবা. শমু খুৎনা থিববু খুৎলম খঙবা !

অঙৌবা+লুকোক—ইনোংথৌ।

হেমতৌ—খম্মাঙথোকভৈদা কচেঙ থাঙকোক্লুম চৈশোনা, খমনিঙ থোকভৈদা লাংলেন কোংয়াং চৈশুগুম পাল্লোইনবা নাপা চিকথেমলোই. লাইজা ঈরালহল. তাউজীং হৈরাল্লোই লাইরেন ঐগী রাইরা সনা শিখাওরোইশিং ও।

অঙৌবা+লুকোক—কোলোয়বিসি ইনোংথৌ।

হেমতৌ—ননোংথৌ ঐঙোন্দা শীংলেন লৈকৎলবি রাহোঙ মৈপুঙ নোইগুম্বরকপি, মুজা ওকশম তোংতম নোপ, মুজা মায়থোং

ঈঙাং হৌ. চিম্বান মোইকাইরেংবু শাবল তয়াল হৈগুম নিংথিবি, য়ারেন খোংজিতোনবু শেনবী মচা হৈগুব নিংথিবি, মুজা য়াংলেনতাবু লিরি তেনচৈ কাপকুপ চুমথোইবি, লাংবল অশিখোইগুম খাওদানা তাংজা মশমতোনবু কৌবা চীঙলৈশঙ তোম্লোঙ লৈগুম শম্লাং মুরৈ শঙথাংনবি শীংলেন থম্বাল পোমবোম লৈগুম্বী অতুবু পলেম মমা কনানা পোকপনো ?

অঙোবা—পলেম মমা শনথোং মপুনিংথৌ চমু য়াইবিরৈমানা ফুইবনি ইনোংথৌ।

হেমতৌ—পনথৌ মপা কনানো য়েম্বনো ?

লুকোক—অমন খমলৈ কুমথ্রবা কেগে অমুখাংলাংমৈরেম্বাগী মমোম-লোল খাংলাংমৈরেম্বনে ইনোংথৌ।

হেমতৌ—মুজা মপাদি হাওলিবরা ?

অঙোবা—নয়ু মৈদিংঙ, য়াংলৌ কৈকাবা চমু রাংগোন চৈরৈ লাইনুরা রাংঙম লৌরাংখোম্বী পায়না সনা লিনগোয়গী, নদাইরেম মী-মরু থোইকোয়বা লৈরোং অতোংবা থুরায় থাইচারুপ হাওসি ঙমচিংলম্বা নোংবাল হারালাংবথোইকোইগী মপারি লাইরেন নঙগী রাইরা সনা লিখাওরোই নোংবাল চহুই-লৈরোংপাম্বাগী তাম্লোয় মরুম্বীনে ইনোংথৌ।

অঙোবা + লুকোক—তুবী কম্মোই মিৎ লাইরেন কলাং মৈবু তোংন-কদে। লৌহোল চৈচি থুৎতামল লাংনা লুকোই নম্না চাকনে ইনোংথৌ।

হেমতৌ—ওহ্ !

[ হেমতৌলোইয়ম্বা রাখল খলহৌই । অঙৌবাগা লুকোকা খুরম্নগা থোকখি ]

হেমতৌ—মনুংখোয়বা লিরৌলাং লৌশিং পোলমায় তুনা তয়ম য়েক্লা শিথিল্লাং, চালনা য়ৈখাই পাওথিল্লাং নমু তাইবং কানা লাং, শিনা নানম্লাং, শরা পনকেন লাং, মোমন্থ চালনা য়ৈখাইলাংবু লাংথারগে।

[ মৈ মনথখি : ঙানথোরকপদা লৈ পরেং মুন্না য়েংহ্না হেমতৌ-লোইয়ম্বানা হায়রকই ]

হেমতৌ—নোংয়ায় খুমনচন্নু হৈপোকঙম্বী লৈরাইনা, মনিংলৈমা পোলচেঙঙম্বী লৈচিলনা, রাংখৈ হিকু হিকাপাল কোংবা লুহেল পাৎতা পাম্বা লৈ শীংলেন ঙঙকোই ফাগবরা কাদা লৈ। কেগে হন্ন নারেঙশুনা ইন্নুং কাওরেন শল তাম্বদা লেংবা লৈ লৈরাং ঙঙকোই ফাগুম্ববু খ্বাংলাংমৈরেম্বীবু শীংলেন লৈব্রেংহনগেদো।

[ চহুইলৈরোংপাম্বাগা হুমাইরোইগা চংলকই । নিংথৌদা খুরম্মী ]

হেমতৌ—ও, তয়ম, রাইরা ঐগী সনা লিখাওরোই নোংবাল চহুই-লৈরোংপাম্বা।

চহুইলৈরোংপাম্বা—মৈদিংঙ, লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ।

হেমতৌ—নোংবাল চহুইলৈরোংপাম্বা নঙন্দ নোংনেম লাইনা পাংবরম-লোইবী থোনলাং মরমদা শমু খোঙওইননা।

চহুই— ইনোংথৌ শমু খোঙওইননা !

হেমতৌ—উম··· শমু খোঙওইননা তল্লা অরেম্বা পামেন চাউথোইবা 'মাবু য়ানলক ও।

চহুই — নদাইরেম ঐবু পামেন উরাওথোম্বু নাতাদা তল্লা হোই-থেমথোম্বু খঙদরিবা নম্নানে লাইরেন সনা নখোঙথাবু য়োঙমদরঙেনে।

হেমতৌ—মরম অহুহিককিরা ? তম্নম হুমাইরোই !

হুমাইরোই—ইনোংথৌ।

হেমতৌ—ইরোই খুরায় অমু উরাওবাবু পাউকৌরু।

[ হুমাইরোই খুরুম্নগী থোকখি ]

হেমতৌ চহুইলৈরোংপাম্বা ননোংথৌ ঐগী কোলোয় ইয়াথংনি মালোই মপুঙয়াই থোনলাং মশাইগোন্দগী তল্লা কালসাং 'মাবু য়ানলক ও।

চহুই— লাইরেন সনা ন্যাথং।

হেমতৌ—তম্নম অচাম্বা অহুনিদনা হাঃ হাঃ হাঃ

[ মৈ মমখি ]

"পোথাফম"

# হাওরৈ

## অনিশুবা শরূক

### অহানবা উংপা

মফম—থোনলাং । মতম—মুংথিল ।

[ চহুইলৈরোংপাম্বানা পাখংকালদা ফমতুনা লৈরম্মী। কৈমাইবা য়ানিংদনা লৈরমই ]

চহুইলৈরোংপাম্বা—লোইবী ইপাতাউ পনথৌ মশক মাম্বা. নোইম্মু থুমবু পোলমায় হাংজরগে। লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ হেমতৌশোইয়ম্বাগী তুলী মফালশাংবু তল্লা উপুলচলনা পামেন উমিৎ লোইজরগে।

[ তকশোন চঙলকই ]

তকশোন—হেম্পা চাঁওশাং কৈমাইপা খোয়ম লাইপু পাংখল্লুপা তল্লা অরেম্পা উনিংথৌ পামপিনি। তল্লা উমিৎ লোইপা লোইপী ইখোইনা হোয়ানিংতে।

[ ঙাপুরোইগা থুমপুরোইগা চঙলকই ]

ঙাপুরোই—চাঁওশাং কৈমাইবা, অযুক য়েন্দা অঙম্বদগী পোইরৈ তমদগী শমু খোঙওইনন। থোনলাং নপূঙয়াইবু ইনতাল্লকপনি তরা চাবুক লাম্বনা উম্বী চকম ছাওলবনি।

তকশোন—পোইরৈ নরমতাকী তরা চানাপা থোনলাংপূঙসিতা ইণ্ডাল্লকপরা ঙাপুরোই ?

থুমপুরোই - হেম্বা নখোইগুং হকমললিদা !

তকশোন—ক্রি ?

থুমপুরোই--তেৎনৌ যোৎশু য়োৎপুরকলে। লেমলৈ ঙাশু ঙাপুরকলে, নোইমু থুমগুং থুমপুরকলেনা। লোইবী নখোইগুং চাকৎপিকমদি থোকইনা।

তকশোন ভুপী ননোংথৌনি হায়তুনা অক-ফৎতাপা য়েংতনা কো্‌ন্দায়নপা য়াপরাহে ? থুমপুরোই, ঙাপুরোই, যোৎপুরে হপু চৈ পিরো।

[ থোনলাংগী মীয়াম চংলকতুনা থুমপুরোই ঙাপুরোইপু ফুই। ময়াম ফুনরকই। কৈমাইবানা চহুইলৈরোংপা'স্বাবু কৈমায়দা লোৎহল্লী ]

তকশোন—লোইপী চীঙলোই মরাং হোরো, হেম্পা থোনলাং মনিন নাইরো, পোইরৈ মীয়াম য়াইপী লৌরো হে।

[ থোনলাং মীয়াম্না থুমপুরোই, ঙাপুরোই, য়োৎপুরোই ময়ামবু হাংলি ]

ময়াম—নোংপাল চহুইলৈরোংপাম্পাবু কতাইনো ?

তকশোন—চীঙশাং কৈমাইপা। নোংপাল চহুইলৈরোংপাম্পাপু কৈমায়মুংতা লোৎতুনা থমপিকমু. লোইপী ইখোইকী খুৎতা শিন্নপিয়্।

ময়াম— লোইপী ইখোইকী খুৎতা শিন্নপিয়্ চীঙশাং কৈমাইপা।

[ ময়াম্না তকশীল্লকই। কৈমাইবানা মথুৎ তিংথোকতুনা ময়ামবু খাম্মী ]

কৈমাইবা—থোনলাং মনিম্নাইপাশা।

তকশোন—লোইপী পুম্নমক্না শোংকাংনপা হেম্পা পুম্নমক্না শোংকিনপা নিংথৌ কৈমাইপা তাকপিয়ু।

কৈমাইবা—হে লোইপী ইপাতাউশিং ও! পনথৌ মপা পোকমাপা লৈরোং অহোংপাকী লৈরোং অহোংপা অসিপু লোইপী ইপাতাউপু ওইরমলে। লমলোই মপারিদি লমলোই ইপারিবু মওইরে তরাচা পিচখিকে। থোনলাং তেকপী ওকচাও হাংনা রাংলৈ য়ুনৈহনখিকে। মরোই মরাং হৌপাপুম্নমকপু লোইপী হাওপোক তংহনখিকে। চীঙশাং কৈমাইপা ইনা কোলোয়রিপাসিনি তেকপী ওকচাউ হাংলো। রাংলৈ খরুং পমথাংনরক ও।

ময়াম—আ উ···।

[ ময়াম্না হরাওই। কৈমাইবানা চহুইলৈরোংপাম্বাবু পুথোরকই ]

কৈমাইবা—লোইপী ইপাচা হেম্পা ইয়েল্লুশিং ও! নোংপাল লৈরোংপাম্পা অসিপু কোরৌ নোংপুম হুমনিতাপু হেম্পা ইথোইকী থেনপুঙ মাঙতা ঙকলৌ শেংকম শানা হেম্পা শামী কাপ লোইপী লাম্মী য়ালনাসে।

তকশোন—অহুহিকনি চীঙশাং কৈমাইপা হাঃ হাঃ হাঃ

কৈমাইবা—কুরাউ হংকতুম চলচিললো।

[ ময়ামনা হরাউহ্না নোকই ]

ময়াম— হাঃ হাঃ হাঃ

তকশোন—হাঃ হাঃ কুরাউ শংশোক য়ানলক ও, শাহুৎ কোনতাই য়ৈয়ু। হাঃ হাঃ হাঃ কতাই রাংলৈ য়ু পিরকউ। শিঙচেপ লুব্রোই থাচিল্লু।

[ ময়ামনা চহুইলৈরোংপাম্বাবু কুরাউ হং চল্লী। চহুইলৈরোংপাম্বানা নাবা খাঙলি ]

চহুইলৈরোংপাম্বা—আহ……

[ তকশোন্না থব্রায় তানা নোকই ]

তকশোন—হাঃ হাঃ হাঃ

কৈমাইবা—থোনলাং মনিন্নাইপাশা! হেম্পা নখোইনা মিশেং খাঙনা কোরৌ নোংপুম হুমনিমাপু হেম্পা শামী থেনশে।

ময়াম—থেনশে চীঙশাং কৈমাইপা থেনশে।

[ ময়াম য়ু থকই, শা চায়। য়ু ঙাওনরকই। মহৈ মহৈ চৎনখি। মৈরোংবানা য়ু ঙাওনা ঙাওনা চহুইলৈরোংপাম্বাবু শঙলি। অহিং ওইরকলে। চহুইলৈরোংপাম্বানা মতৎ মতৎ ওইবা রাহৈনা হায়রকই ]

চহুইলৈরোংপাম্বা—খোইবুনাই ইনেম্মচা নঙবু চেংলৌ শক্কোই হেন্না পুকন্নুং লিলনা ঙানবিনে। নরা মথোকওৈগী মখৈবু পুক্নীং খুকম হোংদবি নঙবু চেংলৌ শক উদনা করম্না নোংমনলসিবনো! মোমন্নু তাল্লোয় ইরুম্বী নঙবু ইপারিবু শাৎনদা ইমোমবু ফুইনদরিবিনে। পায়মা ঐগী উনগোইন্নুংদা নুংশি থৌকাওঙমদবি, নঙবু চেংলৌ শক উদা; পলেম ইমা নঙবু অহন মতম ওই, হন্নু মাল্লে চীংওল্লবি নঙবু য়ারেন মথৌ

কুম্না মিৎমৈ কুরু শুং লাইরেল হৈশুমশানা শমু খোঙকাপ অথাং খুদিং লৈতোং খুথি য়াম্না মিৎয়েং উয়োনথিরবি, নপারি ঐবু তরাচাকুপ শাইনা শমু নমদা পো চৈরৈ থাগোলননা নাউয়োকপিরকপি পলেম ইমা পোস্পাবি, নঙবু চেংলৌ শক উদনা পনথো পাগী শীংলেন লৈকুলিবা ঙমদনা লোইবী থোনলাং মপুঙয়ায় মালোই মশাইকোন অসিদা করম্না লান্নংলবনোকো পলেম।

[ চহুইলৈরোংপাম্বানা হিক হিক লাওনা মমিৎতা মপি তানা কপই ]

[ মৈ মমখি ]

/

## অনিশুবা শরুক

## ২শুবা উৎপা

মফম—লৈরোংজমগী য়ুম। মতম—মুংথিল

[ হুমাইরোই লেপতুনা লৈরম্মী। মখৌ পোংনা খোদেম্মী ]

হুমাইরোই—অহম।

[ খ্বাংলাংমৈরেম্বীনা ফিদা পুথোরকতুনা ফিদা থাই ]

খ্বাংলাংমৈরেম্বী—লাইরেন মৈদিংঙুগী মদাইরেম অহিং কাওবী হুমাইরোই কমকম্নাংদা ফম্বীয়ু। ইনোংথোগী করম্বা য়ারানো কোলোয়বিয়ু।

হুমাইরোই—লাইরেন মৈদিংঙু হেমতৌলোইয়ম্বানা লৈমা চীনগোই

নয়াথং অরেপ্পা পালনা তপ্তাই তপকুম্ববু লীক্লাং পরেং ওওকোই 'মাবু লেংলক ও···

খাংলাংমৈ—আহা···

হুমাইরোই—থংলেন মতুং থোকপদা সনা য়াইকোলনুংদা কারক ও, শীংলেন থেংথনা লৈরাং খাইথনসে, মুংওন ব্বারৌ লিক-কুম্ববু থাবা লীকরাইনসে অশুম্না···

খাংলাংমৈ—আহঃ নোংবাল নখোইগী পাইরোরেম শাবি ইবুঙু লুরাং নহা নিংথিবগীদমকপু মুজা ইহৌঙৈগী মখৈবু পানা লমলানজদবী, পূক্লীং থূকম হোংনা নিপা মিৎমৈ চোইয়েংনদা মানজা ঐগী লাইওইনরিবা নোংবাল ইশাবিগীদমকপু পামেন হোইচিং ওন্নকশুনো হায়বগী শম্লাং কিশি থোক্লা তাওজা শমতোন হাইদবি, মোনথাং মকম হোংদনা থকশুপ মকম লেওদনা শারেল চেপ্পা কোলনা য়াতারিবি ঐবু তুবী মতিক্লা লাইরেন মপা নৎতবিনে।

[ লৌরাংখোম্বী চংলকই ]

হুইমাইয়োই—কেগে খাং লাংমৈরেম্বী ও ইনোংথোদা কোলোয় পাউদমজক্লগে।

[ হুমাইরোই চৎখি ]

লৌরাংখোম্বা—ইহুইরোন ইবেম্মা, মৈদিংঙু হেমতৌলোইয়ম্বাগী করম্বা কোলোয় ময়াথংনো ?

খাংলাংমৈ—পলেম শিনবি।

[ খাংলাংমৈরেম্বীনা লৌরাংখোম্বীদা কোন্দুনা হিক্লা হিক্লা কপই। লৌরাংখোম্বীনা ইমুংদা পুশিনখি। অহিং ওইরে। হেমতৌলোইয়ম্বা, তেংলৈমুংচা, হাওরামুংচা চংলকই। মমাং শঙগোইদগী হুয় খোংলকই ]

হুয়— গৌ গৌঃ গৌ গৌঃ উম…।

হেমতৌলোইয়ম্বা - তয়ম তেংলৈমুংচা অরাপ্পা।

তেংলৈমুংচা—ইনোংথৌ।

হেমতৌলোইয়ম্বা—য়িমন্নুংদা তম্ব কঃ। লৈবগে মিৎয়েং শানথৈনরু ও!

তেংলৌ—ইনোংথৌ।

[ তেংলৈমুংচানা মমাংথোঙ মনাক্তা তুমিন্না য়েংই ]

হেম্‌তৌলোইয়ম্বা - তয়ুম হাওরামুংচা।

হাওরামুংচা—ইনোংথৌ।

হেমতৌ মথংলেন চহুইলৈরোংপাম্বাদি থোনসাং মশাইকোন্দা কুরাউ হংগা চন্না হেম্বা শামী কাপ্পগে থৌরাংহৌরে হায়না তয়ম লোইবী মপাউ হাওকাবা শিনৌ লশিং তিকপানা পাউতম্লরবদগী ননোংথৌ ঐনা শানখঙলবনি। মুমিদাং তাংলৌ থেঙলবা অমম তোম্বা নারন শিক্ষা নিল্লবা খেন-কমসিদা লাইরেন ঐহাক্লা নাপা চিকথেম্না পাউথেমগে হায়বগীদমক লোল্লুম ময়িম নাকপু চংলকপনি।

তেংলৈমুংচা—ইনোংথৌ তরাচা খুৎপুন পিনরি।

হাওরা—এ এ। থোঙজিন নাতৈ কাঙলক্লে। শোয়ররোই ইনোংথৌ।

[ খাংলাংমৈরেম্বীনা হুয়দা চাক থাবা থোরকই ]

খ্বাংলাংমৈরেম্বী—ইমাং শঙগোইদা য়াতারিবা চা-রোৎ হুয়মোমনু অমোম চাজেম্বী তাউবা ইহুয়চা মালবা লৌশিংবা তরা-চাপুঙ পৈরবনি।

[ খ্বাংলাংমৈরেম্বীনা হুয়দা চাক খরদমক থাই। হুয়না মপুক থন্দহুনা মচাবু চীকই, খোংই ]

হুয়— গৌ গৌ।

[ খ্বাংলাংমৈরেম্বীনা হুয়দা চাক থানা থানা হেমতৌলোইয়ম্বাবু খঙসনু হায়না হায়রকই ]

খ্বাংলাংমৈ—য়াংলৈ তাউবা হুয়রিংজেন কৎতবা ও অমোম পাংগন শোনম্লবী তয়ম ননাইবিগী তরা মচাকলুকপু রানলিবা তাউবা শারিংজেন হিংচাবা মনাই চাকশুং খঙদরবা, মপু চাকনি য়েংদরবা নঙদি হুয়চিনতুম হুয়নিংকাং শাথিবা…।

হাওরামুংচা—এ এ ইনোংথৌ!

খ্বাংলাংমৈ—তাউবা হুয়চিনতুম নঙদি য়াংলৈ নয়াইমাবু তাংজা ইকাইদবরা। তয়ম ননাই ওইবগী শরূক লুকতোম হুনজবা মিনম শরী চাকপু করিগী চাগে নিংলিবা, নঙদি কোরৌ নোংখাকমৈ মনোং লাংচেংমৈবু শোংকিদবরা !!

[ খ্বাংলাংমৈরেম্বীনা শুমজিৎনা হুয় ফুই ]

হুয়— কেং কেং।

[ লৌরাংখোম্বী থোরকই ]

হেমতৌলোইয়ম্বা—তুবী ঐবু পাউরৌনবা রাবু ওইরে, তাঙজা ইকাই থোইদা। তয়মশা।

[ মনাই অনিগা লোইননা হেমতৌলোইয়ম্বা কোম্নংদা হনখি ]

লৌরাংখোম্বী—ইহুইরোন ইবেম্মা।

খ্বাংলাংমৈ—পলেম শিনবি তুবী মশান কিএ লাইরেন মঙান শোংকিএ।

[ লৌরাংখোম্বীনা কোনশিন্দুনা খ্বাংলাংমৈরেম্বী কপ্পা কপ্পা চংখি। নোং ঙাল্লকলে। কারং হুংঙোইবা চংলকই ]

কারংহুংঙোইবা—রাংকোন লাইনুরা য়ান্না অমা কোলোয়কে।

[ লৌরাংখোম্বীগা খ্বাংলাংমৈরেম্বীগা থোরকই। খ্বাংলাংমৈ-রেম্বীনা কিদা থাই। মিংনম্মাইনম্বা চংলকই ]

কারংহুংঙোইবা—লোইপী থোনলাং মপুঙয়াইতা খুল্লাললুপাতা চীঙশাং কৈমাইপাকী মপাউখোনপু পাউতমলু-ও হায়পাকী লোইপী মকেও খুনকী কারংহুংঙোইপা ইনা নরানয়াইতা রাই-থুংলপানে।

লৌরাংখোম্বী—চীঙশাং কৈমাইবানা করি য়ান্না কোলোয়রকই পাউতম্মু।

কারং— পোইরৈ মীয়াম অয়ামপাতি হেম্পা লাল্লোইনহৌরে।

লৌরাং—করি হায়বা কারং হুংঙোইবা?

কারং—নপারি নোংপাল চহুইলৈরোংপাম্পাপুতি লোইপী লাম্মী কাপ্পা হেম্পা শামী য়ালনকে তৌহৌপাপু কোরৌ নোংপু হুম্নিতাপু নঙাইহৌরে।

লৌরাং—পারি ইবুঙোবু।

কারং— নপাম্নিকী শমু মহাক্লাংপু কংলপাণ্ডং হৃয়েন লাম্মী কাপ্পনা ওয়পাণ্ডং নপাম্নিকী তাংজা লুরেনতোনপু হলরাইলরুপা…

লৌয়াং—করি য়াম্লানোনে পলেম নমা ঐনা নাতারিবসিবু ইমাগী ইবুঙ।

কারং— য়াংকোন লাইমুরা লাইপক চাউপি তেৎনৌ থাইচা তারাল য়োৎ, লোইপী য়োৎপোৎ পী ; হেম্পা য়েনপৎ থুম, কাওরেন শলচিরাক, তরেৎ থোইদোংবাণ্ডং য়াওনা লোইপী থোনলাং মশাইকোনপু য়ৌনা কাখৎলক ও হেম্পা লাম্মী কাপ্পনা হাল্লভৈনে হায়না চীঙশাং কৈমাইপানা পাউতাকপিরকএ।

লৌয়াং—পলেম নমা ঐবু করি ওইরসিগেনে ইমাগী ইবুঙ।

কারং— য়াংকোন লাইমুরা নতাইরেম ইশুং মকেও ইলমদা হলরাইরকে।

[ কারংহংভোইবা চৎখি ]

লৌয়াং—লোইবী য়োৎপোৎ পীনবা তেৎনৌ য়োৎপু কদায়দগী লৌরুগনি। হেম্বা য়েনপৎ থুম, কাওরেন শলরিচাক, তরেৎ থোইদোংবাবু ইরান অতোন তারবি ঐনা থিরুগদবা অসিবু কদায়রমদগীনোনে ইমাগী ইবুঙ।

খাংলাংমৈ—ও! কাওরেন ঐগী ললউন শল, তরেৎ থোইদোংবাগা মলশিল কাও মাম্বী তাপুণ্ড ভারা পুণ্ডচোংবা।

[ খাংলাংমৈরেম্বীনা শলগোলদগী শলথোরি লৌরুই ]

খাংলাংমৈ—ইশানৌ।

মিৎনম্মাইনম্বা—ইতৈ লৈমা।

খাংলাংমৈ—ইশানৌ কাওরেন ঐগী ললউনশলবু ফারুরসে।

মিৎনম—ইতৈলৈমা কোলথৌরিদু নশানৌদা পিবিয়ু। নশানৌ ঐহাক লৈজরি কাওরেন মাবু কোইথিজরুগে।

[ মিৎনম্মাইনম্বানা খাংলাংমৈরেম্বীদগী থৌরি লৌই ]

খাংলাংমৈ—ইশানৌ থাইল্লে ঐখোইগী লৌরাংচাল কোনডে লাম্ভা লৌদা কাওরেন চাকতাবরা মিৎয়েং শানখৈরু ও।

মিৎনম—ইতৈ লৈমা।

খাংলাংমৈ—ইশানৌ লমদেং লল্লাং য়ৌনা থোংঙাক কৈসি লালনা পাৎশোই লম্মহনবু য়ৌনা শলথিরক ও।

লৌর‍্যাং—পারি কাওরেন মখুঙৈগী চাকতাকম য়াংলৌ মেংশেলপল ললদাগুং কাওরেন শলথিরকউকো।

মিৎনম—পলেম।

[ মিৎনম্মাইনম্বা চৎখি ]

খাংলাংমৈ—ইথংলেন ইনেম মচা করম্বা কোলোয় য়ারানোনে নশানৌ য়ামজেং কাচাউবি ঐনা নাতারিবাসিবু!

লৌরাং—ইহুইরোন ইবেম্মা ইরান মোংবায়াইদা য়ুমনিং য়ুম্মাঙ চেন, তাঙজা শমবু কিঙমদা শুমাঙ রাইপুঙ থকতা শমু খোঙবু থিন্না মিকপ্পগা তেৎনৌ য়োৎপু থিঙমগদরা। নোইনু থুমচাবু লাকঙমগদরা! তরেৎ থোইদোংবাবু লৈঙমগদরনে ইহুইরোন ইবেম্মা?

খাংলাংমৈ—পলেম শিনবি।

[ লৌরাংখোম্বীগা খ্বাংলাংমৈরেম্বীগা কোম্নচুনা কপমিননৈ। য়াইবিরৈমা চংলকই ]

য়াইবিরৈমা ইমোম ইবেম্মা কাওরেন করিগীবু শলথিরকপনো ?

খ্বাংলাংমৈ—পলেম পোম্মাবী ও, নচুরোংনাই থংলেন নোংবাল নহাগী তাংজা লুরেনতোম্বু থোক্করুগে হায়বগীদমকপু কাওরেন শলথিরকপনিনে পলেম।

য়াইবিরৈমা—করি হায়বা ইমাগী ইমোম ?

খ্বাংলাংমৈ—লোইবী থোনলাং মপুণ্ডয়াইদা কুয়াউ হংগা চলনা হেম্পা শানী কাপ লোইবী লাম্মী য়ালনগে তোহোরে হায়বগী-দমকপু কাওরেন শলথিরকপনে পলেম।

লৌরাংখোম্বী খ্বাং পূম্না হৌ পোইরৈ পূম্না তিম্না পারি ইবুঙো চহুইলৈরোংপাম্বাগী য়াইবী কম্বা ওম্নরোইদরনে হে-মৈদিংঙু লাইরেন হেমতোলোইয়ম্বা ! পারি চহুইলৈরোংপাম্বা ইমাগী ইবুঙু।

[ লৌরাংখোম্বীনা য়াইবিরৈমাদা কোন্দুনা কপই, য়াইবিরৈমানা লৌরাংখোম্বীবু কোন্দুনা ইমুণ্ডদা পুশিনখি। মিৎংম্মাইনম্বা হল্লকই ]

মিৎনম্মাইনম্বা—ইতৈশেমা তাপুণ্ড ডারা পুণ্ডচোংবাহু···

খ্বাংলাংমৈ - কোলোয়ন্নে ইশানৌ।

মিৎনম—অরাং কৌবা লৌচি কোল মনুং থাপ্পা মুরা লোকলেলকোল ভাণ্ডচেণ্ড মমপীম্নোক, তম্বা মুকতম থেন্দা কাওবেন মনিণ্ড তম্না চাকতারুবগী মাম্বী লৈশু কাম নুংবী নমণ্ডাননা য়াতা-রুবগী মাম্বী লৈভাণ্ড তৈ, মথনিক মলেং লৈকাই হাই,

মকুম লৈপুঙ থোনগুম্না কোলকারকলিবসি মিংম্নেং শান-
থৈরবরা ইতৈলৈমা ?

খাংলাংমৈ—কাওরেন ঐগী ইশলচা।

[ কাও চঙলকই। মিৎনম্মাইনম্বানা শল থৌরি কোংগোই হুক্কে হায়না তৌই। শলনা রাইগে তৌই ]

মিৎনম—মান্বী লোরো মান্বী লোরো। মান্বী লোরোনেহে।
কাওরেন নঙবু লীগা থুগে চঙববু মান্বী নমিৎ শুক, কাওরেন
ননা ফন, মান্বী নিংশা থিংকাম্নমা কাওরেন নতু খিঙ, মান্বী
নমিৎ লাওনা য়েংনা লুরাং লৈরোং অহোংবাগী মশানৌ
মিৎনম্মাইনম্বা ঐবু রাইথেংলগে হায়বগী কাওরেন মৈরুং
কাংনা নোংবাল করিগী কোইতান্নরিবনো লোরো লোরো।

খাংলাংমৈরেম্বী—কদাই, কোলথৌরিহু নতৈমাদা পিয়ু।

[ খালাংমৈরেম্বীনা মিৎনম্মাইনম্বাদগী থৌরি লৌরগা কাওবু থৌরি হুক্কে হোৎনৈ ]

খাংলাংমৈ—মান্বী লোরো।

[ কাওনা খাংলাংমৈরেম্বীবু রাইগে তৌই ]

খাংলাংমৈ—কাওরেন নঙনা নমিৎ শেপ্না য়েং, মালেম লৈশু কাম,
ওকক্র লৈতাই খোংনা মুজা রাইগে তৌববু ইশাবিগী তাংজা
লুরেনতোম্বু কনঙম্নরোইদরনে কাওরেন ঐগী ইশলচা।
কাওরেন করি রাগী তাওসিকপনো ; মান্বী নঙবু কাওরেন
লাংমুবী মনোংম্নায় নিংথি পামহৈবা মপারি, পলেম নমা

কোম্ন্ বিনা মেলদে নিংথৌ শাম্নাবাগী কৈরৌখাদা নাউ-নৌবা, মেলতোং মুঙকাইচীঙদা হাকোকপা নঙবু পম্মৌ ইপা ইবুঙো খ্বাংলাংমৈরেম্বানা ইমান মেলদে নিংথৌ শারাবাদগী তরেৎ খোইদোংবাগা মলশিল কাও, কাওরেন কোলোয় নমিংথোংবু লোইবী লোইচীঙ লোকখন মরোলমুংগী তাপুঙ ঙারা চীঙচেং কৈতুপ শয়া চোংথরকএ হায়বগী কাওরেন তাপুঙ ঙারা পুঙচোংবা কৌবা নৎতরা? ইপন খ্বাং অহোঙবানা মমোম ঐঙোন্দা ললউন শলনে। মাম্বী নঙদি কোলগা তৈনা চীঙগোল মনুং থাম্না লৌদা কম্নিগী চাকতারুবনো। মাম্বী নঙগী নবুঙোদি লোইবী মালোই মপুঙয়াইদা কুরাউ হংগা চলনা লোইবী শামী কাম্না হুয়েন লাম্মী য়াশনা নোংমল্লোগে তৌএ হায়ববু কাওরেন নঙদি করম নাতাদবনো? ইমান মচাগী তাংজা লুরেনতোনবু ঙাকঙম কনমিন্নরুসিনে কাওরেন ঐগী ইশলচা।

[ শললা খোংনা খোংনা চেনশিল্লকতুনা মচি লৈবাকতা য়ৈ-শিনহুনা খুমাঙনা লৈবাক হোৎতুনা লৈ ]

কাও—মো মো...

খ্বাংলাংমৈ—কাওরেন নঙবু নমিৎ চিংনা য়েং মাম্বী মিৎকোই ইরাং হৌ, কাওরেন নপি চিহৈথগুম মাম্বী নখোঙ মরিমকপু থাংনা, খোংনা খোংনা চেনশিল্লকলগা চিরেল অনিমকপু মালেম লৈদা য়ৈ, মাম্বী নখুমাঙবু লৈদা কাওনা কাওরেন শংনা য়েংববু নবুঙো ইনেম মচাগীদমকপু মিকপ্পরনে। কাওরেন

ননা পায়, মাম্বী শয়াং শিং কাওরেন লীগা হুক্লগেকো কাওরেন ঐগী ইশলচা।

কাও— মো··· ।

[ খাংলাংমৈরেম্বীনা শলবু থৌরি হুকই ]

[ মৈ মমথি ]

---

## অনিশুবা শরুক

### অহুমশুবা উৎপা

মকম—থোনলাং।　　　　মতম—অহিং।

[ চহুইলৈরোংপাম্বা কুয়াউ হং চন্দুনা লৈ। মৈরোংবা য়ু য়াম্না ভাওহুনা চঙলকই ]

মৈরোংবা— এ কিনানো ? ও······ নোংপাল চহুইলৈরোংপাম্পা ?
ও 'তুম লৈয়ো।

[ মৈরোংবা য়ুগী ময়াইনা তুমথখি। কৈমাইবা তুং মাং য়েংহুনা থোরকই ]

কৈমাইবা—পারি চহুইলৈরোংপাম্পা।

চহুইলৈরোংপাম্বা—আহ···

কৈমাইবা—পারি, লোইপী ম্রিশেং খাঙলিপা পুম্নমাসে শারেল শানৈনা রাংলৈ য়ুনৈনরপাকী হাওতৈ কোকারে। রাংলৈ

তোনগুম্না শারেল কাহাপ্না চারপাকী খোম্‌লেন তুমকন তানখরে। পারি নগপু উপাতা শেল্লোই ইপাতাউ নোংপাল হান্নালাংপাখোইকোই লৈরোং অহোংপাপু নিংশিংলকলেনে পারি ইবুঙ্। নপন লৈরোং অহোঙপানা রাংকোন চীঙশাং লোইথোরখৈতা ঙাপা শেৎচানা ঙান্না খাইচানরকপা পনথো নপা চীঙশাং কৈমাইপা ঐপু লৈরিএ। পারি, থরায় লাইশেংনপা লোকশেল রাংখুরোক্কী লাইজা ঈরম ইনখরো।

[ কৈমাইবানা কীংনা চহুইলৈরোংপাম্বাবু কুরাউ হং লোথোক-তনা থাদোকখি। চহুইলৈরোংপাম্বা লোকখাদা তাখি ]

চহুইলৈরোংপাম্বা—অকঃ

[ চহুইলৈরোংপাম্বা কিনা লোৎতুনা লৈ। কৈমাইবা চঙখি। তকশোন চঙলকই, চহুইলৈরোংপাম্বাবু লৈবা উদে ]

তকশোন হে! হে! মৈরোংপা!

মৈরোংবা—এ, ই য়ারেতা।

তকশোন—হেম্পা মিশেং খাঙলিপা লোইপী মৈরোংপা।

মৈরোংবা—হা?

তকশোন—নোংপাল চহুইলৈরোংপাম্পাতি কতাই?

মৈরোংবা—তু।

তকশোন—কতাই?

[ তকশোন্না মৈরোম্বাবু ফুই। মৈরোংবা ঙকই ]

তকশোন—চীঙশাং কৈমাইপা।

[ কৈমাইবা হাকাম চনছুনা মমিৎ নোইছুনা মখুৎতা তা পায়ছুনা থোরকই ]

কৈমাইবা—নোংপাল চহুইলৈরোংপাম্পাপু লোইপী লাম্মী য়াল্লকপা কোরৌ নোংপুম হুমনি শুরক্লে। হেম্পা শামী কাপ্লসে।

তকশোন—চৌঙশাং কৈমাইপা, হেম্পা শামী কাপ্নপা নোংপাল চহুইলৈরোংপাম্পাপু কুরাউ হংকা থাংনা থম্পাতি কতাই ?

কৈমাইবা—ক্রি লোইপী তকশোন ? মৈরোংপা, হেম্পা মিশেং খাঙপা ! নোংপাল চহুইলৈরোংপাম্পাতি কতাই ? কতাই…?

[ মৈরোংবা কিনা লৈ ]

কৈমাইবা—হেম্পা নখোইনা মিশেং খাঙতুনা নোংপুম হুমনি হেম্পা লাম্মী য়ালনপা নৎতরা ? হৌচিকতি লোইপী থোনলাং থুন নামুংপা ওইরেতো। হেম্পা থেনপুঙ থকতা পামেন শয়ি লেপতম য়ুং, উপন শাম্বা কাঙনা লোইপী লাম্মী কাপ্লাপু হেম্পা শামী কাপতুনা লোইপী শামী হেম্পা শামী য়ানহাংনরো। লোইপী থোনল্লাং লৌতাপা য়াতে। হেম্পা মালোই শীংচনপা য়াতে। শারেল শাপৈনা ব্রাংলৈ য়ুনৈননা মালোই খুনফম্নরো।

[ মৈ মমখি ]

—

# অনিশুবা শরুক

## মরিশুবা উৎপা

মফম—রাংখুরোক।　　　　　　মতম—অম্নক।

[ খ্বাংলাংমৈরেম্বী তুমহুনা লৈরম্মী। মিৎনম্মাইনম্বানা উতোংচাক হৌরি। মৈরি থোকত্রহুনা কাওগী মকোক মৈনাকতা থমহুনা মনুংশা সোরনা কামহল্লি। খ্বাংলাংমৈরেম্বীগী মমগুদা চহুইলৈরোংপাম্বানা কুরাউ হৎ চন্দুনা লোকচপতা য়ান্দুনা লৈবা উই। খ্বাংলাংমৈরেম্বী মিকপ থোরকই। হিক্রা হিক্রা কপতুনা হায়রকই ]

খ্বাংলাংমৈরেম্বী—নুজা ইমান্নবি 'রকতগী চিঙঙ্ লাইবকথিনা শন্না তুরোই হাঙলবি ঐবু থংনে ন হৈনা নতুং ইনসনা লাংচেং মমৈ রায়না করম ইন্তানক্দরবনো কনলকএ। খোমলেন ঐগী মঙলানচান অসিবু তাইবং মানলংপাম্ব্ ওইরগুনো।

[ অরাপ্পদা চহুইলৈরোংপাম্বা লোকচপতা য়ান্দুনা লৈ।
মহাক্না খ্বাংলাংমৈরেম্বীগী খোনজেল তায় ]

চহুইলৈরোংপাম্বা—ঈরোক লাইচমনুংগী থৌহু মুওয়াম্নকতা খোনলাং মনিন্নাইবনা খঙথিগনি মালোই নাতাবনা উখিগনি হায়না থৌহু নংঙাননা য়াংকেল নাক্নানুংদা শানথুপলিবা ঐনা নাতারিবসি কনাগী য়ারা খোনজেলনো! মোমহু তাল্লোয় ইরুম্বী খ্বাংলাংমৈরেম্বীগী মোমহু য়ারা খোনজেল মুংশিবা মিকপখোনবু নৎতরা? তাল্লোয় অপাম্বী,

মুংশি ঐগী খোকাও ওমদবিনা মায় খোঙগুনবু লীরক্লবরা
হে মালং মুংশিৎ অয়াঙবা ? হে লোকমুং ইরাওখোন ?

[ কাওনা চহুইলৈরোংপাম্বাগী খোনজেল তাবদা মঙক থাং-
গৎতুনা য়েংই ]

কাও— মোঃ মোঃ

[ কাওনা থৌরি থদৎতুনা চেনখি ]

খাংলাংমৈরেম্বী—ইশানৌ মিৎনম্মাইনম্বা ! মাম্বী মথিনাই কাওরেন শলথৌরি মঙক কিববু চিংথৎলগা কাওরেন নিংশা থিংকায়না লোকলেন য়াংখুরোক্কী লাইজা লোক্লম ইন্না চেনসিংখরে ইশানৌ ।

[ মিৎনম্মাইনম্বানা শলথৌরি পায়গদবগী হোৎনৈ ]

মিৎনম্মাইনম্বা—মানবী লোয়ো লোয়ো ।

[ শল চেনসিনখ । খাংলাংমৈরেম্বীগা মিৎনম্মাইনম্বাগা শলগী মতুংদা তান্নখি । মৈ মমথখি । মৈ ভানথোয়কপদা হং চললিবা চহুইলৈরোংপাম্বাদা কাওনা মরৈনা লেকই ]

কাও— হুঙ হুঙ ।

[ চহুইলৈরোংপাম্বানা কাওগী মঙকতা ভাথতুনা হায়রকই ]

চহুইলৈরোংপাম্বা—মাম্বী তাপুঙ ভারা পুঙচোংবা ও, মানবী নঙনা হুঙ হুঙ মিকপা মাম্বী নপি তা, কাওরেন মরৈতোন্না লেক্লরববু কুয়াউ হং চিংঙমদরবা ঐদি অকি হয়াউ ভাই-খঙনরেনে । কাওরেন, নঙগী নবেম্মা খাংলাংমৈরেম্বীবু য়াওরক্লবরা ?

[ খাংলাংমৈরেম্বীগা মিৎনম্মাইনম্বাগা কাওগী মতুং ইন্নরকই। খাংলাংমৈরেম্বীনা চহুইলৈরোংপাম্বাগী মণ্ডকতা কোন্দুনা মথজাই চুপ্লী ]

খাংলাংমৈরেম্বী—শাবি ইবুঙ্ ইনেম মচা নিংথিবা নওবু মুজা ইশুংলাংগী লাইরেন মৈদিংঙু হেমতৌলোইয়ম্বাগী শঙলো মথোৱাং য়েল্লাং মণ্ডমদমগী নোংবাল ইশাবি নওবু শিশনো হায়না থোৱাংলবগীদমকপু কোংগোই লাংনা ফারমনবোই। রাংখুরোক্কী কৌবা ঈরোক লাইচমম্নুং অসিদা কুরাউ হংগা থাংনা নদোম করম্না কোরৌ থোংনা য়েং রাংবন পাংনা নোংথোইরম্বনো শাবি ইবুঙ্ নিংথিবা।

চহুইলৈরোংপাম্বা—শানৌ মিৎনম্মাইনম্বা থৌদ্র নুংবী অমনা খাদা থাও ; থৌদ্র অমনা থকতা থোলনা কুরাউ হংচৈ লোললিববু য়ৈথোক ও।

[ খাংলাংমৈরেম্বীগা মিৎনম্মাইনম্বাগনা চহুইলৈরোংপাম্বাগী কুরাউ হং চলববু নুং অমনা মখাদা থারগা নুং অমনা যুফুনা হংচৈ য়ৈথোকই ]

চহুই— শানৌ অনিমক হেম্বা য়াংলৌ পোথাকমবু য়ৌনা কাখৎলসি। শানৌ মিৎনম্মাইনম্বা।

মিৎনম্মাইনম্বা—ইশাবি।

চহুই— লোইবী থোনলাং মথুবাকতা নোংমনলবত্ত কদৌকাৎতরে। খাম্বী মৈবু হৌনা তরা খুৎপুন লৌনখিসি।

মিৎনম—ইশাবি।

[ চহুইলৈরোংপাম্বানা খ্বাংলাংমৈরেম্বীবু থাংহুনা মখোই অহুম চীঙ কাখৎখি। মৈবা চিংহুনা উতোংচাক হৌরি। শল শক্তিক চাহুনা লৈহৌই। থোনলাংগী লাল্লোই মরি চংলকই। মখোই মরিনা শল উবদা হরাউই ]

লাল্লোই ১বা—হায় মানপী! হেম্পা ইখোইকী ইচিনচাক ওইলভেনে। আ উ।

[ হরাউহুনা চোংই ]

লাল্লোই ২বা—মৈখু নোংলোন কাপাতি থমখিসে। হেম্পা খুনকমতাকী লোইপী রানচং থোতাপানা হেম্পা ইখোইকী ইরমখৈ লোকলেল রাংখুরাকী পামেন উয়াম্লকতা মৈখু নোংলোন কারিপা অসিপু হেম্পা লানথি মৈরা লোইপী পাময়ান মৈরা মিৎয়েং শানথৈরু ও হায়পা খোনকী লাল্লোই ইখোই মরিনা মায় খোঙকুল লিপা লাকপাতি কাওরেন য়াংকেল নাফা তোননৌ শৎনা চাকতাঙম্পাপু লমওক্লরেতো।

লাল্লোই ১বা—কাওরেন লীতোন রায় ও।

[ শলথৌরি পায়গে ভৌই। কাওনা ফী ফী কাম্মী ]

লাল্লোই ৩বা—হায় কাওরেন লৈশু কাম্মীনে।

[ থোনলাং লাল্লোই ২শুবনা থৌরি পায়গে তৌবদা কাওনা মচিনা লেংহুনা হাৎলি। লাল্লোই ৩শুবগা লাল্লোই ৪শুবগা অনুম্মা মচিনা লেংহুনা হাৎলি ]

লাল্লোই ৩—আ অক, আ অক, অক।

লাল্লোই ১বা—হেম্পা ইয়েম্লুশিং ও! চকমোম খাম্পী মৈথুলক্কা ময়িম পোংরৈ মৈতৈ শল কাওরেন কোংতৈ থেক্লুপা অমতংনা য়াংকেল নাকা য়ায়না চাকতায়ম্পাপু কাওরেন নীতোন য়ায়গে চঙঙ্পাপু লাল্লোই ইপাতাউ অহুম্মাপু চিরেল নোংতং লেংনা নোংমনলৌরে··· নোংমনলৌরে ··।

[ লাল্লোই ১বানা লাওনা লাওনা চেনখি। চহুইলৈরোংপাম্বা খোরকই ]

চহুইলৈরোংপাম্বা—মাম্বী হেম্বশিংসে য়োমলোই হৌরকলে। মাম্বী পোইরৈ ইরমদা হুলরাইরসে।

[ চহুইলৈরোংপাম্বানা শলগী থৌরি পায়হুনা চিংবা হোৎনরি। শলনা য়াদে ]

চহুই— পোইরৈ ইরমদা হুলরাইরসে মাম্বী। ও! মাম্বী নওনা ময়াদরে। ইশানৌ অনিমক।

[ খ্বাংলাংমৈরেম্বীগা মিৎনম্মাইনম্বাগা চঙলকই ]

চহুই— লোইবী মনিন তাবদা মাম্বী মনা কল, কাওরেন খুমাঙ হোৎনা চিরেল নোংতং হাইনা খুমাঙ কুপথাং থাং, নিঙশা থিংকায়না লোকপান য়াংবী সানা ঙাইখমথরে। হেম্বা লাল্লোই অহুম্মকী তিলমেল মমুঙচঙ থাঙলেন মথুৎশুবু পায়রসে। শানৌ ইচি-ইনাউ অহুম্মক কাওরো নোংমনকংদা নোংমনমিল্লরসে। শানৌ ইবেম্মা তিলমেল থাঙলেন চোমপুলশানা পুখৎলক ও।

[ খ্বাংলাংমৈরেম্বী অমসুং মিৎনম্মাইনম্বানা থাঙ-জা খোমজুন্না পুথৎখি ]

চম্হই— ইশানৌ অনিমক।

[ চীঙথক্তা মখোই অহুম লোৎশিন্দুনা লৈখি। খোনজাং মীয়ামগা লোইননা য়্বানচং থৌদাবা চঙলকই ]

য়্বানচংথৌদাবা—হাঃ হাঃ হেম্পা ? চিনচাকপু কংচরগৌনে। হেম্পা য়োমলোই হৌরো। হুলনা কোংকোই লাং লংশিল্লু।

[ কাওদা কোংগোই লাং লংশিললি ]

য়্বানচং—লাংচল লীগা লৌশিল্লু।

[ কাওগী মখোঙ লীনা লৌগদবগী হোৎনৈ। কাওনা মচিনা লেংই ]

য়্বানচং—কোংয়াং চৈগুনা ফুচিল্লু।

[ ময়াম্না চৈনা কাওদা ফুই। কাওনা ময়ামবু মচিনা লেংহুনা লৈমাইদা ভাহললি ]

য়্বানচং—আহ !

[ য়্বানচংথৌদাবাবু কাওগী মচিনা লেংহুনা হাৎলি ]

ময়াম আহ…আহঃ আহ…

[ কাওনা ময়ামবু হাৎলি ]

চম্হই—ইশানৌ লুয়াং মিৎনম্মাইনম্বা লানকম খাম্বী মৈশা লাংগুম্বা অশিদা নিপা পুকচেন মতোল লোম্না পুক্নীং লাইরেক চনকরোই এ খোইমা নমায় লৈনা য়ামজ্জং ননম মুক্লগনো। শানৌ অনিমক।

[ মখোই অহুম্মক অমুক চীঙচেপতা নাথৈহুনা লৈখি। খোন-লাংগী মীয়ামগা তকশোনগা চঙসকই ]

তকশোন—হাঃ হাঃ চহুইলৈরোংপাম্পা। কুন্নাউ হংকা থাংনা ইম্নুং লানচেনখিপা নোংপাল চহুইলৈরোংপাম্পাকা তাল্লোর মরুম্পীগুং মশানৌ তম্পা মীকনথাই অমকা কাওরেন মশলচা মরুম লৈপুঙ মানকুম্পা মাম্বা মচি শংকাই হাইতুন্নপা কাওকা মরিনা হেম্পা ইখোইকী লোকচাউ পনসিতা লোইপী গুন্না নোংমনহল্লপা হাঃ হাঃ হাঃ কাওরেন ইঁচিনচাক। লোইপী ডায়িল ইনগুম তকশিল্লু। হেম্পা পূক্কীং অকি শোংকাংনকম্নু। লোইপী মায়কংসা হেম্পা মরাংহৌনা ইনশিল্লু।

ময়াম— কাওরেন থীল্লু। মানপী য়ৈ ও। নোংপাল চহুইলৈরোংপাম্পা চেনকুনো।

[ ময়াম্না শলবু হাৎকদবগী লাকনৈ। কাওনা ময়ামবু মচিনা লেংহুনা হাৎলি ]

ময়াম—আহ্ অক; আহ্ অক···

[ তকশোনবু কাওনা মচিনা থিললি ]

তকশোন—আহ্···

[ খোনলাং মীয়াম শিহৌদবশিংবু মখোই অহুম্না চীঙথকতগী তা লংথরকতুনা হাৎলি। থাওনা য়ান্দুনা হাৎলি। শিত্রিবা তকশোনবু খাংলাংমৈরেম্বনা তানা থিনগে তৌই ]

তকশোন—আহ আহ মৈতৈ লৈমা ইকী য়াইপী কনপিয়্। ইকী য়াইপী কনপিয়্ মৈতৈ লৈমা।

চহুই— ইশানৌ নশাবিগী কুয়াউ হৎচৈ চেপ্পা য়ৈশিনখিবা লোইবী তকশোননি ; চৈ পীয়ো।

খাংলাংমৈরেম্বী—নোংবাল মোমন্নু তাল্লোয় মরুম্বী কেগে চন্নুরা খাংলাংমৈরেম্বীনা···

তকশোন—আহঃ আহঃ

খাংলাংমৈরেম্বী—তিলমেল তায়েপ পায়না চৈ পীরবনি।

[ খাংলাংমৈরেম্বীনা তকশোনবু তানা লেংহুনা হাৎলি ]

তকশোন—অক আহ··· অকঃ।

ময়াম—আ আ···

[ ময়ামবু শলনা হাৎকদবগী তান্নখি। ময়াম কায়হুনা চেল্লী ]

চহুই— ইশানৌ অনিমক থোনলাং 'রুপ মরাং হৌরকলে। হেম্পা অরাংলুপ মথি নাইরকলে। কৌবা লৈহৌ পুন্না হৌরকলে। মালোই মথিনাইনা হেম্পা হন্নু পুন্না হৌনা লোইবী মপাল থোঙবু শেম্নকলে। মোমন্নু খোইমা মায় লৈরগনো। ইশানৌ অনিমক তিলমেল তারোল য়াম্না পুরকলো। কাওরেন ভুংইন তান্নরসে।

[ মখোই অহুম চীঙচেপতা শলগীমতুং ইন্নখি। কৈরোইহবানা নাকপ্লাগা লোইননা লাম্মী তেংগোল পুহুনা লাৎই। তৌরবা লানলোং পুম্নমক য়েংই ]

কৈরোইহল্বা—পোংবা নিংথৌমচা অমনখা নাকল্লা থুনচালাকপা হাওশিন্তমচিংবা।

নাকল্লা—ত্তাকপিসি।

কৈরোইহল্বা—লাইরেন সনা মথোঙথাঙ্গা কংল্লা লানপাউ তমলুরো।

নাকল্লা—কৈরোইহল্বা অন্তম্বা নয়াথং।

[ নাকল্লা মকোক নোল্লগা হনথি ]

কৈরোইহল্বা—লাল্মী পুন্নমক তকশিল্লু।

[ মৈ মন্নথি ]

## আনশুবা শরুক

## ৫শুবা উৎপা

মকম—থোনলাং। মতম—সুংথিল।

[ ময়াম রা-রা কায়হুনা চেন্নরকই। কাওনা ময়ামবু মচিনা লেং-লেংহুনা হাংলি। মাচনা কোৎহুনা লংঙী। কাওগী মতুংদা চহুইলৈরোংপাম্বা, খাংলাংমৈরেম্বী অমম্ভং মিৎনম্মাইনম্বা চন্নরকই ]।

ময়াম—আ··· আ··· অকঃ অকঃ···

চহুইলৈরোংপাম্বা—শানৌ মিৎনম্মাইনম্বা, শল্লম কল্লা মলগুম তিন্দমেল নথুৎশুনা চৈ পীরো।

[ চিংনম্মাইনম্বানা শিচৌদবাশিংবু তানা থিন্দুনা হাংলি। থোনলাং অহন অমা শলশা চানিংবনা শভিল রোংতুনা চৈত ভুহনা থোংকই ]

অহন—আই আই পাৰিশা ক'ওরেন শলশাতি কতাইনো?

[ কাশনা অহন অত্ মথোঙ্গা ক'ওখাই ]

অহন - আহ !

[ অহন শোকতুনা লৈমাইদা তাই। কাওনা য়ুম ময়াম থুদকই। ময়াম রা-রা কাইতুনা চেল্লী। য়ুম মৈ চাকই। কৈমাইবানা য়ুমথকতাগী লাওরকই ]

কৈমাইবা—ইমোম ইপম্মা খাংলাংমৈরেম্পী ! পাৰি নোংপাল চতুইলৈরো পাম্পাকা নথোই অ'নিকী লৈরোং নতিক খঙলে। কাওরেন নঙকী নশলচানা খাম্পী মৈকম থেংনা হেম্পা য়িমযাম মৈ হৌরকলে. কাওরেন নঙগী নশলচানা পনথোং-লক এ। কাওরেন নশলচাপু থৌখামপি ও। থৌখামপি ও।

খাংলাংমৈরেম্বী—কাওরেন তাপুঙ ঙারা পুঙচোংবা ইপন খাংলাংমৈ-রেম্ব'বু শরুবা ঞ: লোইবী পাওইনবা হেম্বা চীঙশাং কৈমাইবাগী লোইবী মরানয়াই মোংবা অহোঙ য়ুমবু শোক-পিগনো।

[ কাওবু খাংলাংমৈরেম্বীনা মঙকতা কোন্দুনা ময়াংলেন শিং-শিং নান্দুনা ক'ই ]

খাংলাংমৈ—কাওরেন তাপুঙ ঙারা পুঙচোংবা মালোই লানয়াম থিনা থোনলাং মৈশু থৌবা কাও! মাম্বী লোরো লোরো।

কাও— মো মো…

[ কৈমাইবা য়ুমথকতগী কুমথরকই ]

কৈমাইবা—তাও হেম্পা খুনচেৎ মরিমাকী লানকম লাইশেংলকপা পুম্নমানা থোনলাং পুম্না তিল্লনা লোইপী মপাল থোঙতাকী পামেন চাউথোইপা তল্লা উনিংথৌ নাচুম্পাবু শীংচঙ লৈতোই চন, হাঙমৈ ফালপাক লৌনা তল্লা ফানশাং মাপু য়ানলকও।

[ ময়াম্না উ য়ানলি। থোনলাংগী মী অমা চঙলকই ]

মী ১— চীঙশাং কৈমাইপা, লাইরেন মৈদিংঙু তুপী কোলোয় ময়াথংকী পোইরৈ তেংকোলকা ঙাইরোইননা কৈরোইহনপা অঙম্পা রাইথুংলরে।

[ কৈরোইহম্বা চঙলকই। চীঙশাং কৈমাইবানা কৈরোইহম্বাদা মকোক নোনলি ]

কৈরোইহম্বা—চীঙশাং কৈমাইবা।

কৈমাইবা—কোলোয়পিয়ু।

কৈরোই—লাইরেন কোরৌ ইনোংথোগী কোলোয় ময়াথংনি।

কৈমাইবা—লানচিংলেন অথোপা।

কৈরোই—পামেন উমায় কৈতুপ করা তল্লা পানক্ক লৌনা ফাল্লাং থোঙকাঙ পালনা শানশেম্নগা হেম্বা খুনচেৎ মরিমকপু থোম্না হে'ইচিংহল্লগা কংল। উপাউ তম্নকমদা রাইথু'হললো।

কৈমাইবা—কৈরোইহনপা অঙম্পা।

কৈরোই – চৈঙশাং কেমাইবা, হৌজিকমক হেন্না খুৎচেৎ মরিমকতগী কৈরা তানজাউবা শমু লেংকন্না লাম্মী অথৌলিচা হেল্লা পুন্নমক থৌরাং তৌ।

কৈমাইবা—অঙম্পা নয়াথং। তাও চেম্পা খুনচেৎ মারিমাকী লাল্লোই পুন্নমা থোমহান্নরো ইনোংথৌকী সনা য়াথংনি।

[ নাকপ্পা চঙলকই ; কৈরোইহন্বাদা মকোক নোনলি ]

কৈরোইহন্বা—হাওশিঙমচিংবা লাইরেন ইনোংথৌগী সনায়াথং কোলোয়।

নাকপ্পা—কৈরোইহন্বা অঙম্বা, লাইরেন ইনোংথৌনা পূক্নীং হুরাউ-থোইনা নোংবাল চহুইলৈরোংপাম্বাদা ইনোংথৌগী সনা শঙদিং মরোল হুনা লৈরোং নমদা কুপ্লবনি, থাবম লৌশি-হ্বানা থাফাংননা পাইরিবা ফম শিংৌ নোংথোম্বা কমবু থিলদোক্রবান হয়েং ইমুং ঙাম্বদা মনিন নাইবা হেন্না মকু মশাইগোন্দা হুয়েন লান তাও ও অসুন্না কোলোয়বিরক এ।

চহুইলৈরোংপাম্বা—ইনোংথৌগী কোলোয় ময়াথং।

খাংলাংমৈ—ইশাবি !

[ খাংলাংমৈরেম্বীনা মথরায় রায় ]

নাকপ্পা—নোংবাল তাল্লোথ মকুম্বাদা চোয়নৌ সনা কাফেংননা শেন হৈশোই থাঙ ললকুবিরক এ। ভয়ম লাইশমশাংগা লোইননা লৈরোং ময়ুম নাকতা থিলথাবিরু কোলোয়বিরক এ। নোংবাল মশানৌ মিৎনম্মাইনম্বাবু চৈরৈ ফিপিনা খুবাগ খাহচারুপকী হাওশিঙমচিংবা কম্বু ললকুবিরক এ।

[ চহুইশৈরোংপাম্বা অমসুং মিৎনম্মাইনম্বাদা কি কুম্মী।
খাংলাংমৈয়েম্বীদা সনা পী, লুপাগী খাঙ পী ]

নাকম্বা—নোংবাল কাওরেন মশলচাবু মাম্বী কোলোয় মমিংথোং কাওরেন তাপুঙ ঙারাপুঙচোংবা মালোই লানথাবা, লোইবী থোনলাং ঙম্বা, হুয়েন লানয়াম কাবা, লোকলেন রাংখু-বোকপা কোলোয়না কাওরেন মচি অনিদা চোংশৌ সং। শেন অনিনা হেকঙাই লোংখুম পলচল হুক তয়ম মাংপুম মঙাওনা থিলথরক ও ইনোংথৌনা কোলোয়বিরকএ।

[ নাকম্বনা কাওদা সনাগী লোংখুম লুপাগী লোংখুম হুকই।

চহুই— শানৌ ইবেম্মা। নঙবু নশানৌ মিৎনম্মাইনম্বাগা কাওরেন নশলচাগা ঙাইরোইননা পোইরৈ ইরমদা হুলরাইরো।

খাংলাংমৈ—ইশাবি করম্বা কোলোয় নয়াথংনো ?

চহুই— ইশানৌ, ইমান কৈরোইহুম্বাগা ঙাইরোইননা পনথোগী লেপলৌ শিলবা ঙয়বা মকু হেলান তারুখিগে।

খাংলাংমৈ—ইশাবি ! নশানৌ ঐবু হৈনা নতুং ইম্মা লাংচেং নমৈ রাইনা হেম্বা মকু মশাইগেন্দা লাল্লবসু হুংশি নমাং থানা নোংমম্বা লনকুবিযুনে ইশাবি।

[ খাংলাংমৈয়েম্বীনা হিক্রা হিক্রা কপপি ]

চহুই— ইশানৌ, পলেম ইমা অহন মতম ওইববি মপারি ঐগী রাথন্দা কোরৌ নোংমতবু ভাঙদনা মিংথৈ লাইজা কংদ্রবি পলেম ইমা রাংগোন লাইমুরা নিংথিবিদা মপারি কাইনবগী

অরা মৈচাক্লা খাওবা ওমদনা মালেম থকতা ওন্ন থোইনা খাওলমলগনি। ইশানৌ নওবু হলল্লাইরোনে।

খাংলাংমৈ–ইশাবি, ইনেমা মচা পামুবা।

চন্থই— ইশানৌ মিৎনম্মাইনব্বা।

মিৎনম—ইশাবি।

চন্থই— নতে লৈম্মাগা কাওরেন ইশলচাগা পুন্থনা পোইরৈ ইরমজা হলল্লাইরো।

খাংলাংমৈ—ইশাবি··· ॥

[ মৈ মমথি ]

## অনিশুবা শরুক
## অরোইবা উৎপা

মফম—শলথৈরোঙ্কা পনথোও।    মতম—নুংথিল।

[ হাওরৈ পার্মবি হৌরি। হাওরৈ মনাকতা খোংকনয়াং রাখন খন্দুনা লৈরম্মী। মকুগী পাখং অমা খুৎলাই পায়দুনা ফিংনা চওলকই ]

মকু পাখং—মকু লুচিংপা ইংপা খোংকনয়াং নওপু কল্লপা হোৎনপাতা মকুকী মী পুন্নমা তুন্না নোংমনপা তালে।

খোংকনয়াং—পোইরৈ মৈতৈনা পুন্না হুপ্পা থোনলাং খুনচেৎ মরিকা ওাইরোইননা হুয়েন লান্তারক্লপতা লোইপী মকু খুনচেৎ মরিতা নওাইরপা অসিনা করম্না হুয়েন লান মায়োক্ককনি।

মকু পাখং—ইপা মকু লুচিংপা নঙনা শলথৈরোক্কী তাপুণ্ড অতেম্পা অসিতা শীংলেন লৈরাং অসিকী মখোংতা শানথুপ্লমলিপা অসি ক্রিথিকথিনো ? য়াইপী থাখিপানা ফংতরা ?

খোংকনয়াং—উন ; য়াইপী মাংপাতি শোইতাপা য়ারানি অসি ইনা শীংলেন লৈরাং অসিকী মনাকতা লৈরমলিপা অসিকী মরম লোইপী মকু পাখং নঙ খঙলপারা ? খঙতে ? খঙলোই নঙতি মতমত্তুতা নরা ওইরি। না তাও, রারি শিঙপুল অতু ঐ লিকে।

[ মৈ মমথখি। মৈ ভানথে রকপদা হাওবৈ হৌরকদরে।

হারালাংবখোইকোইনা মশক উহন্দনা চুং, থাঙ, তা ময়াম খোমহনা পৈরৈ। মশক উহন্দনা হায়রকই ]

হারালাংবখোইকোই— হে লোইবী মকু থাপ্পা চিনগম্বা। য়াইবী রাংলেপ য়াশাবশিং ও। লাইরেন মৈদিংঙু নাওথিঙখোং মঙাংঙম্বানা লমলেন পুরুসি তাওরোই পাৎলেন কোন্দা লোইবী নপাচা, হেম্বা নয়েন্নু লোইবী চঙশাং নিংথৌবা মীথুলচা অতেংবাবু তাওরোই পাৎলেন কোনগী লাংজ ঈরোয়্দা কাপতু লৈথৈরেংনা নোংমনহম্বা, লাইরেন কোরৌ ইনোংথোগী রাংগোন লোই থৌববু লাকপনি। হেম্বা নপন খোঙবু হাংদোকউ।

[ মকুগী মী খরগা লোহননা খোংকনয়াং চংলকই ]

খোংকনয়াং—লোইপী মকু ইখোইনা ইরম ইপন খোঙ হাংঙমলোই কোলোয়রিপাসিনি।

হারালাংবা—লোইবী নচৈকাই থাপ্পা নপুঙ তাকনি।

খোংকনয়াং—নয়ান নখোইতুম ওনতেখো, নচেঙ নখোইতুম হন-
চখি ও।

হারালাংবা—পোইরৈ লানপুম্বু কারকলে।

খোংকনয়াং—পোইরৈ লানপুম্মানা হেম্পা ইখোইপু কতৌরকপানো ?

[ অমুক হারালাংবখোইকোইনা থাঙ, তা, চুং পুরকতুনা থমলৈ ]

হারালাংবা—হে লোইবী মকু থাপ্পা চিনগম্বা, আইপী আইচেপ
য়াশাবশিং ও। লাইরেন কোয়ৌ ইনোংথোগী রাংগোন
লোইথৌ তাম্বা খুরায় লৌরুপহম্বা, খাইচারুপ হাওশিঙম-
চিংবা নোংবাল হারালাংবখোইকোইনে।

খোংকনয়াং—ক্রি! পোইরৈ মৈতৈ খুরায় খাইচালুপ অথৌপানা
লোইপী ইপুওয়াইপু চঙলকলে হায়পা হাঃ হাঃ।

হারালাংবা—মকু থাপ্পা মনিন নাইবা হেম্বা নঙখোইগী লোইহা
পোংপু রাংগোন লোইপোৎ শেম্বরো।

খোংকনয়াং—নোংবাল হারালাংবখোইকোই খোয়মা নমায় লৈকুনো।
হেম্পা ইখোইকী তিলমেল ইথুংগু, চুংলোং ইনোংখাঙ,
লোইপী থাঙলেন ইথুংগুনা য়াইপী লৌকেতো খঙকনি।

হারালাংবা—হাঃ হাঃ হাঃ হেম্বা নখোইগী তিলমেল নথুংগু, চুংলোং
ননোংখাঙ, থাঙলেন নথুংগু থিরুবা থিখঙলোই।

খোংকনয়াং—ক্রি হায়পা ?

হারালাংবা—হেম্বা থেনপুঙথকতা মিৎয়েং শানখৈ ও।

[ মকুগী মীয়াম্না থেনপুঙদা য়েংই। চুং, থাঙ তা পৈংনা লৈরবা উবদা ঙকই। মকুগী মী অমা চেনখি ]

হাব্রালাংবা তিলমেল তাপুল সা. চুংলোং থারোন পৈ. থাঙ্গেন চোমপুল সানা ভুরেল কাওশিঙ পৈগুম পৌরিবাস মিংয়েং শানথৈরবরা ? হেম্বা ঙবতুন ঙকনো। লোহবী ঙাওহুম ঙাওগনো।

[ চেনখিবা মকুগী মী অহু হল্লকঃ ]

মকু মী—মকু চৌঙশাং লুচিংপা, লোইপী মকু ইখোইকী ইখুৎগু খিরুপা অমতাগুং খিখঙতলে।

খোংকনয়াং—ক্রে। ওহ··· পোইরৈ শানচিংলেন রাংকোন লোইকা থোপা চেংলৌ শক উহস্তাপা ও। চেংলৌ শক উহন্তনা হেম্পা ইখোইকী তিলমেল তায়াম, চুংলোং ইনোংখ ঙ, থ ঙলেন ইখুৎগুপু খেম্পা। অসিতি খোইয়ুম লাইকুন ওহরে। লোইপী হখোইতি অকি পূক্রীং চঙল। লোহপী হখোহপু রাংকোন লোইকারকে। কোরৌ আস হ্লাংৎ তপু ঙাইথমাপখো ও।

হাব্রালাংবা—থূরায় থাইচাক্রপশিং ও, তিলমেল তায়াম পুল, মরোং চুংবু পৌতোংলোন, থাঙলেন চোমপুলসানা লোহবী পনথোঙখা শলথৈরোকপু য়োনা খোমদোকে ১।

[ হাওমুতেংনা লুচিংহুনা থুরার থাইচাক্রপশিংনা থাঙ তা, চুং হোললি। মকুগী মী ময়াম চৎনখরে। লুমদাং ওহরে। নোং ঙানলকলে ]

হাওমুতেং—ইনুং কৌবা শোয়রকলে। ইনুং নোংগা ভানলকলে। য়াংগোন লোইকা পোৎপু হেম্বা পনথোঙ লানথোক ও।

[ লোইপোৎ পুতনা নয়াম লাকলে। পনথোঙ লানথোরক-পদা শাইবা তিংখংনা পন্দুনা হারালাংবখোইকোইগী মকোকতা থেৎপা মিবেন য়াইপল য়াইরুথেৎ অমুবা লৈবাকতা তারকই। খোংকনয়াংনা খুল্লী। হারালাংবখোইকোইগী মশক উরকলে। হারালাংবখোই-কোইনা মকোক পায়, লৈবাকতা কোইমা মাই ]

খোংকনযাং—ও··· নমু চেংলৌ শক উহন্তপা নওতি নোংপাল হারা-লাংপাখোইকোই নও ওইরে?

হারালাংবা ও! লোইবী খোংকনয়াং মারেম লাম্ভায়াং।

[ হারালাংবখোইকোই মখা চীকই ]

হারালাংবা—নমু চেংলৌ শক উদবা য়াই মিরেল য়াইপল য়াইরুথেৎ অমুবা তাংজ কোকতা থেৎপবু খোইবু মচিন তুম্বা শাইবা মযা শাবনা ভমপল্লদগী মালেমদা লৈতারকপবু লোইবী খোংকনযাং মারেম লাম্ভাযাং নওনা খুলখিবদগী নোংবাল ঐগী ইশক উ, পুন্নও সেপ্পালথোংবু শকখওবনি।

খোংকনয়াং—ইয়া··· শলথৈরোককি অন্না পোথাকম তাপুও চীওমায় অতেম্পা থৌতু নুংপৈথেন পোইরৈ তেংকোলনুংসিতা হেম্পা হকথেং ফং·। তিলমেল খুৎতা শুরো, থাওলেন খুৎনা কংনা য়ান্নরো।

হারালাংবা—খাইচারুপশা লোইবী হামশিনহুললো।

[ হারালাংবখোইকোই কৈনা চোংথোকই। ময়াম খাঙ-তা য়াররকই, খিলনরকই। খোংকনরাং খুৎলাই রাৎপদগী ভুংদা হন-দোকখি। মকু মীয়ায়া কাওদেন কৈনা লংঙকই। নুং লংলকই ]

হাওমুতেং—অখোবা, মকু য়াইবী অচেন মরাংহৌবশিংসে তিলমেল মখুৎশু লৈতরবগী কাওদেন কৈনা লংলকলে। থৌচু নুংয়াম হুন্না তানশিল্লকলে।

হারালাংবা—খুরায়চারুপ মনিন নাইরো, রাংঙম মরাং হৌরো। লোইবী তিলমেল মখুৎশুনা ঈহৈথবগুম কেনজিললো। হেম্পা মীপুম্বু হাওদনা লোইবী শলথৈরোকতা হেম্পা লানয়াম ভুহললো।

[ মকু মীয়াম অমুক ফুজিল্লকই ]

হাওমুতেং—অখোবা, মকু মনিল্লাইবশিংসে মপাং লানপাংবা হেম্পা মশেন লাননেকপা পুম্না হৌনা তিলমেল ঙানোই চোংশুম লাইথাঙ হুইয়োম চোংনা লোইবী ঙাইন তকুম তক-শিল্লকলে।

[ হারালাংবাখোইকোইনা কোইলৈ লৈছুনা য়েংঙী ]

হারালাংবা—কোঙচারুপতি হাওমুতেং ?

হাওমুতেং—কোঙচারুপতি লানপাংলদরে অঙম্বা।

হারালাংবা—থৌচারুপতি ?

হাওমুতেং—থৌচারুপপু লাননেকতে অঙম্বা।

হারালাংবা—আহ… খুরায় থাইচারুপতি থৌচারুপপু লাননেকতা, কোঙচারুপপা লানপালেদরবা ! আহঃ থাইচারুপ নিংনা

তেগে তৌগুম্নবা। পোইরৈ মৈতৈ লাম্মী অয়াম্বা ম্নাইবী মাঙলবা! ইরোই খুন্নায় হাওমুতেং অতেং মীকন্নখাই, নশাবিনবু ঙাইবা ঐদি তুবী মরুখাক খুনজমল, হৈরাং মতংখাক চাজমল, লাইরেন লিখাও মরি খুনজমল, তুবী মথৌজাল মায়োক্লবগী স্নরীক লীকতোম্মবু তানকংলবনে। তম্নলবা ঐবু লানকম ইমায় ওনলরোই।

হাওমুতেং হাওশি ঙমচিংবা।

হারালাংবা—ইরোই খুন্নায় হাওমুতেং! নতৈলেমা পলেম ইমা শক্লবি মুংশি ঐগী হিথাংকমবু ওইন্নিবি রাংগোন লাইমুরা অতেংবিদা চৈরৈ ঐগী লাম্তাকি রায়রা শাতাকি অচেৎপা অসিবু রাইথুংবিরু ও।

[ হারালাংবখোইকোইনা কি লৌথোকতুনা হাওমুতেংদা পী ]

হাওমুতেং--অথৌবা!

হারালাংবা—নোংবাল ঐগী ইপারি লৈরোং ম্নমদা লৈহৌবা, অচাও গেম্প্ত লেপকাদা, অশাং লমবু কাগবরা কাদরিবা অহুবু পারি লাংগোন ঙম্নমদরে, থাবা ইমুঙচঙ স্নরীক লীকতোম লমঙাম্বা অসিগা লাংমৈ ইরুথেৎকা অনিমা অসিবু নপন মেল্লোং ইথুদোননে, লুরাং ইপারি চাউত্রিবা চম্নুইলৈরোং-পাম্বা শীংলেন ইতুং লৈগুমলিবদা রাইথুংবিরু ও।

[ হারালাংবখোইকোইনা লাংমৈগা স্নরীকা লৌথোক্লপা হাওমুতেংদা শিলনৈ ]

হারালাংবা—ইরোয় হাওমুতেং লানকম নিংনা তেখরো।

হাওমুতেং—লানচিংলেন অথোবা।

হারালাংবা—নিংনা তেথরো হাওমুতেং।

[ হারালাংবখোইকোইনা হাওমুতেংবু কি. লাংমৈমত্তু, লীক পীহনা চৎহনখি। হাওমুতেং মকোক নোনললগা থম্মোয় শোকনা চৎখি ]

হারালাংবা—খাইচারুপশা। লানফম নমায় নিংনা তেগনো। পোইরৈ লাম্মী পুম্নমকপু অথৌ লাংগোন থোক্লবা ঐনে। লাইরেন মৈদিংঙুগী মদাইরেম নোংবাল হারালাংবখোইকোইনে। লোইবী অথোবা হেম্বা লমকেৎপা কয়া য়াম্না লৈরিবনো নোংবাল মাঙদা চোংথোক্লক ও।

[ খোংকনয়াংগা লাল্লোই মঙাগা চঙলকই ]

খোংকনয়াং—লোইয়ম লৈরোং অহোঙপা তনপা মীকনখাই নোংপাল হারালাংপখোইকোই অথৌপা।

হারালাংবা—লোইবী খোংকনয়াং মারেম লাম্ভায়াও।

খোংকনয়াং—য়ালেন খোংচি চিক, তনপা চুপ্পু, থোই, লুরাং লাইপু লাংনা তিলমেল নথুৎশুপু খুৎপাক তিল্লাই মেলনা হেম্পা মায়োক্লা লোইপী লানফম মাংতা থিংলেন লাইচা ঈথিং-কৎকুম্না থাঙভু। হেম্পা লাল্লোই মঙামা তিলমেল নমছম্নরো।

[ মকু মী মঙানা হুনজিল্লকপা তাবু হারালাংবখোইকোইনা চুংনা থৎতোকই।

খোংকনয়াং—হেম্পা লাল্লোই মঙামাকী তিলমেল তাচীন মঙামাপু

চুংলেন মনময়াঙনা খৎতোকখ্রপা ওহ ! হেম্পা লাল্লোই মঙামাপু মালেম নৈতা নম্না খিলথুরকা…

[ হারালাংবখোইকোইনা মকু লাল্লোই মঙাগী মকোক ককই ]

লাল্লোই ৫—আ অক, আ অক, অক, অক, অক।

খোংকনয়াং - তাংচা লুবেনতোন ককখরপা ! হেম্পা পুয়মা তিলমেল তায়াম হুনচিললো। উনপী থক্নুং খিংনা চৈ পীয়ো।

[ মকুগী লাল্লোই মখ্যাম্না হারালাংবখোইকোইদা তায়াম লংশিললি। হারালাংবখোইকোইগী মপ্নকতা তানা লেংহুনা মকু অশিবা মঙাগী মথকতা লোংনা হাইথৈ ]

হারালাংবা—আ আং অক।

[ খোংকনয়াংনা হারালাংবখোইকোইগী মঙক ককই। অমূকতদা ভুপতহনা হন্না হন্না যান্দুনা মঙক ককই। হারালাংবখোইকোইগী অককপা মকোক পায়হুনা থাক্না নোকই ]

খোংকনয়াং— হাঃ হাঃ হাঃ

[ মৈ মমথখি। মৈ ঙানথোরকপদা হান্নগী অত্তগুম্না খোংকনয়াংগা মকু পাখংগা নৈরমমি ]

খোংকনয়াং—খঙলপরা ? পাংকন অসিনা কনলিঙৈ মতমততি তাইপং মীকী লুরেনপু মীক্নুংশি খংতনা থপৎ থপৎ ককপাতা ময়াইকানা থাক্না থাক্না নোকখি। অতুকা হৌচিক্না অমূক তাইপং মীনা ইকী লুরেন ককখিপা তাপনি। অসি নৎতরা হুয়েন লান হায়পসে ?

[ চহুইলৈরোংপাম্বাগা মৈতৈগী লাম্মী খরগা চঙলকই ]

চহুইলৈরোংপাম্বা—হয়োম শাও।

[ মৈতৈ লাম্মীশিংনা মখোই অনিবু কোইশিললি ]

চহুই— কোলোয়স্থ হেম্বা অনিমক লোইথোতাম্বা ঐগী পনথোগী লুরেন ককপা কনানো ?

খোংকনয়াং—তনপা নঙপু কনানো ?

চহুই— ঐগী য়াম্বা পাউথুম্মু।

[ খোংকনয়াং তুমিম্না লৈ ]

চহুই— পাউথুমদে। মায়োক্বা লানফমদা য়াইবী মাঙগে অসিরা ? লিংজেল কবা হেম্বা ; মথুৎতা থুৎলাই পায়রম্মু।

[ মখোই অনিগী মমাংদা তা য়ুংই। মখোই অনিনা পাংদে ]

চহুই— খুপাক তিল্লাই মেম্না তিলমেল খুৎতা পায়ম্মু। মায়োক্বা লানফমদা থুৎলাই য়াওদবা মীদা থুৎলাই থাবা ঐ নত্তে। ঐগী রাহংগী পাউথুম পিদ্রবদি নখোই অনিগী য়াইবী লোগনি লেম্না থারোই।

খোংকনয়াং—ডাইখমখে। পারি মানপা।

চহুই— ঐগী ইপাগী লুরেন ককপা হেম্বা মাবু লোইবী মকু নখোইনা পাউতাকত্রবদি লোইবী মকু তুম্না য়াইবী লোহুনা পনথোগী-দমক করোং খুৎকুমগনি। কোলোয়স্থ হেম্বা অহু কনানো ? পাউতাকতে।

[ চহুইলৈরোংপাম্বানা খোংকনয়াংবু তানা থীনগে তৌই ]

খোংকনয়াং—য়ারা অমতাদি কোলোয়কে মিৎকুপ অমতা ওাই-
খমপিখো।

চহুই— অমন থমলৈ কুয়মদাই মমি শায়বা হাঃ হাঃ হাঃ শয়েংগা শয়েংগা পামবোমগা। পামবোমগা মায়োকনবা লানকমদা নোংমন্নদি নমু পোংগী মহৌশানিনা। অহুদি নৎতনা তন্না নিপা অমগা হেন্না মণ্ডাগা লানকম মায়োক্সহল্লগা হেন্না নখোই পুয়মক্কা পনথোগী থমুং থিৎনা চৈপীখিবা নৎতরা ? তাইবং মীগী লিচৎ নৎতবা শারিংজেন শারমচৎ।

খোংকনয়াং—পারি মান্পা নঙপু মকু লুচিংপা ইনা ওাইখয়কলিপাসে লাংহৈ কুমশিং য়ায়পানি।

চহুই　ক্রিহ্নককি ? নঙগী য়াইবী মুৎনবা ?

খোংকনয়াং—অসি ইকী য়াইপী কোয়ৌ নোংকারকনি শোইতপনি অতুপু অসি ইনা য়ারা অমা পাওমেনলমকে। লোইপী লুচিংপা ইনা মীয়ানকী উন্পী রাখন চঙলুপতকী রাংকোন লোইপু পিয়োই খনলুপানা নপন পনথৌ হায়ালাংবখোই কোইকী য়াইপীপু শারিংচেন শারমচৎকুয়া নোংমনহনখিপনি।

চহুই— ওহ নঙ ওইরে ইয়া।

[ চহুইলৈরোংপান্নানা তা থাংগৎলকই ]

খোংকনয়াং—য়ারা অসিমতাকা নাতাখো। অসি ইনা পোইরৈ লানকম অসিতা নোংমনখিপা থোক্লপতি মাংতা হৌরিপা শীংলেন লৈরাং অসি লৈয়াং অতিংঙা ওইহৌরনি

চহুই— লোইবী করম্না য়ারানো ?

খোংকনয়াং—পারি মিৎয়েং শানখৈয়ু শীংলেন লৈরাং পামপি অসি।
পারী মানপা নপন পনথৌকী য়াইপী থরায়তি শীংলেন লৈরাং অসিতা লৈরিপনি। অতুনা লোইপী খোংকনয়াং মারেন লানতায়াঙ ইনা নঙবু ঙাইরমলিপা অসি মরম অসি- হিককিনি।

চহুই— হাঃ হাঃ হাঃ কোলোযগদবা খৈরবরা?

[ খোংকনয়াংনা য়াইপল য়াই পুথোরকই ]

খোংকনয়াং—নপন পনথৌকী তাংচা লুরেনতোনতি লোইপী খোংকন- য়াংপা ইনা হৈনরৌখিপনি।

চহুই · কোলোয়খো।

খোংকনয়াং নপন পনথৌকী শরী লেংলোইতোনপু নপনকী তাংচা শমতা থেৎপা শীংলেন য়াইপল য়াই অমুপা অসিনা শোক্লম- পকীপু তিঙনৌ য়াংলি তৎকপরা তৎপিতা খোইনা লোঙ- চুমনা মকেং হাথকপরা হাথতা পুরেল মপান ফা লাংয়েলনা মকা চাউনা তিংকোই পুমথাং লোনকপরা লোনতনা লোইপী শীংলেন লৈরাং অসিপু ওইনা শানওল্লকঙ্গে। অসি পারি নঙকা মাঙতা লোইপী শীংলেন অসিগী কোলোয় মমিংপু নপন পনথৌ হারালাংবখোইকোইকী কোলোয় মিংলেন মচেৎ লৌতুনা লৈরাং কোলোয় মমিংথোংপু হাওলে; ফম্লা লোংনা শাংলি হায়তুনা লৈরাং হাওরৈ ফল্লাংলৈপু কোলোয় মিং- থোনলপনি।

[ খোংকনয়াংনা হাওরৈ পাম্বী ফুক্লগা চহুইলৈরোংপাম্বাদা পী ]

খোংকনয়াং—নপন পনথৌকী য়াইপী হাওরৈ কল্লাংলৈপু থাকোল্ল-ল্লোসে পাল্লি মান্‌পা। নপন পনথৌকী তাংচা লুতা থেৎপা নমু চেংলৌ শক উতপা য়াই য়াইপল য়াই অমুপা খোইপু মচিন তুম্পা শাইপা ময়া শাপানা ভমপন্‌পতকী মালৈমতা লৈতারকপাপু লোইপী খোংকনয়াং মারেম লান-তায়াও ইনা খুনপতকী নপনকী চেংলৌ শকপানথোংপু লেপথওখিপনি। সে অসি নওকী নথুংতা অসিমকা শীল্ল-ল্লপনি। য়ারে মকু চীওশাং পুম্নমা য়েনপোম্নংকী কাইরৈ য়েনকুম্নরে।

চহুই— অহনগী মতম ওইরবা মকু লুচিংবা অথৌবা, অসি পনথৌগী খুৎতগী চেংলৌ শক উদবা য়াইপল য়াই অমুবগা ইপনগী য়াইবী হাওরৈ কিল্লাংলৈগা কংজবা অসিদগী হেন্না অতোপ্পা অমা পাম্বা লৈতরে। পনথৌ মাবা নওগী য়াইবী নপাল্লি ঐনা হলরাইরম্নবনি। ইপন পনথৌগী য়াইবী হাওরৈ কল্লাংলৈগা য়াইপল য়াই অমুবগা ভাইরোইননা পোইরৈ ইরমদা হলরাইরগে।

[ চহুইলৈল্লোংপাম্বানা হাওরৈগা য়াইপল য়াইগা পুন্ননা মৈতৈ লান্মীপা লোইননা হনখি ]

[ মৈ মমখি ]

[ য়ুথল হাইজিল্লকই ]

—থৈরবা—



লাইরিক ফংফম—

১। সত্য বুক হাউস, লখী বাজার, ইফাল

২। কমলা বুক হাউস, ,, ,, ,,

৩। গীতা বুক ষ্টোরস—পাউনা বাজার, ইম্ফাল

অমসুং অতৈ লাইরিক য়োনকফমশিং।

---

পাবিয়ু অকোঙবগী লাইরিক—

১। ভেরোনাগী পুকচেল চাউবা অনি —লুপা ৭/-

—থিয়াম নরেন্দ্র

২। মিকুপ লোথোক পৌশিন —লুপা ৫/-

—৺থিংবাইজম শিতলচন্দ্র

৩। কেগে হারেম্মা ভাঙোই লৈশেম্বা —লুপা ১৫/-, ২০/-

—থিংবাইজম টুভেশ্বর

৪। ব্রহ্মজ্ঞান —লুপা ১২/-, ১৮/-

—৺থিংবাইজম শিতলচন্দ্র

৫। লৈসেম্লোন সাকোক —লুপা ৮/-

(অহনবা শরুক) —থিংবাইজম টুভেশ্বর

৬। হাওরে —লুপা ৭/-

—থিংবাইজম টুভেশ্বর